ক ১৯৮০-৮১ গী মনিপুরগী মহৈ-মশিং লোইশংগী শেন্থংনা ফোংব

# ভোট খোম্বা


অইবা

কেঃ ধীরেন



মমল লুপা ৮/-

অকোংবা— অইবা

পুস্তক অইবগীনি।

অহানবা থুৎনম

জুন ১৯৮১

কপি ৮০০

কম্বাকী মখোয় মচম (ফ্রেঞ্জ রাইট) [illegible] 'লয়েটর'

ফংফম— ইম্ফালগী লাইব্রেক য়োনবা ফুকানশিং।

নমথকঃ থোংনাংথাবা প্রেস, খুরাই লমলোং কৈথেল, ইম্ফাল।

# শক্রম

ঙাংবিয়া — এং বীরমঙ্গল

অবোচা মাইবীয়া মৌক — চান্দন গোপাল

বীনোদ — ইমোবী

কোবা — জয়

কাবাক্স — মিনাকুমারী

পুম্পুরেম্বী — সনাতনবী/বেদবতী

যুম্বু — নিংথেমচা দোবেন্দ্র সনা

মুংশিতোণী — শীলা

তোম্বা — ডক্টর নিমাই লুবাং

পাবি — রনজিৎ

বকুল লুবাং — শান্তি

বাবু — নিংথেমচা জিলাসনা

পিশক [Editor] — রাজেন
আতৈ অতৈ অসিনচিংবা থর

স্টেজ রাইট — রূপমহল থিয়েটর
(ফমবাক মথৌ মওম)

লিলা তম্বীবা
নিংথেমচা জিলাসনা

লীলাদা য়াওরিবা মমচৎ Charactor)
খুদিংমক অইবগী বাখলগী শক্তম তাক্লনি।

# ভোট খোঙ্গা

## Act I

[মন্ত্রীগী ক্বাটর অমদা তৌগদবা দেকোরেসন পুন্নমক
শুনা লৈ। মন্ত্রি অরাম থৌক অমদা ফমদুনা লৈরি।]

নুংশিতোম্বী – [চংলকই]

ঙাংবিয়া — নুংশিতোম্বী! কমদৌসেবা, করি কমদৌসেবা? করি থবক্কী?

নুংশিতোম্বী — ঐখোয়গী নুপীশিংগী থাইনগী চংনবী হায়বা চিরম অসিদা কনফরেন্স অমা পাংথোকচগদৌরি। হায়রিবা কনফরেন্স অসিগী চিফ গেষ্ট ওইবিদবা য়াদে।

ঙাংবিয়া — নখোয়না নুংশিংবা হায়বদুনি করিগুম্বা থৌদোক বাথোক অমত্তদা ঐনা চিংথবিদে। নত্তে নহালগী ঐগী ইনগুরেল স্পিচ তু কমদৌবা।

নুংশিতোম্বী — মীয়াম্না য়াম্না থাগৎনখ্রে।

ঙাংবিয়া — ঐদি চিন্দ থোকউবা পংডাং ঙাংবা হায়বদুনি। অতৈদি লাইরি নখোয়গী ঈশৈদু ঐদি ওন্তোক্না খোয়দাখ্রেদা।

নুংশিতোম্বী — ..ন্দগী ৱারা, ময়েক্কী ৱারা?

ঙাংবি- মহয়েক্কুবু হায়বড়ু করি—মুংশি ভিক্ষা হাপ্পীয়ু মুংশিগী লমন করিনা শিংগনি? মড়ু তাবদা ঐগী থম্মোইসে পুম্নৌ নোংখোকপগুম থল্লি। পুন্সি অসি নহা ওন্থোক্কদবা মাল্লুরে।

মুংশি- নত্তে, ঐগী এপোণ্টমেণ্ট গী মতাংড়ু কমদৌসি হায়রিবনো?

ঙাংহি- ঐ থল্লিবনি, নঙগী অসিদংদি শোয়দনা হোৎনরম্লগে। অড়ু হন্দক ডিল্লিদা পার্টি কনফরেন্স অমা য়াওরুসিদনা। লমস্থু য়েংহৌনি, সঙ্গস্থু তৌহৌনি।

মুংশি- কাকানবু পুবিগে হায়ররবদি ঐগীদি য়াইয়ে।

ঙাংবি- ঐ— নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে থল্লিবনি। থঙদে -নঙনা য়াবিরক্কনি য়াবিরক্লোই হায়বস্থু।

মুংশি- খুদোং চাগদববু লৈরবদি কৈদৌএগে-করিগী য়াদনি হায়-বগে।

ঙাংবি- ফরে, ঐ নঙগী এপোণ্টমেণ্টকি মতাংড়ুম ঙসি হয়েং শোয়দনা লোইশিল্লগে। ফরে ফরে নঙ য়োৎখ্রগে হায়ৱাও ঐগী গাড়ীদা থিলহনগে।

— চংখিবা—

মুংশি- কাকা ইনভিটেসন অসিমত্তা এসেপ্ত তৌবিরম্মু।

[ঙাংবিয়া এসেপ্ত তৌরম্লগা মুংশিতোম্বী থোকখিবা]

হেক থোকখিবগা বকুল লুৱাং, কোবা, পিশক মখোয় অহুম

চংলকই—মুংশিতোম্বীদা উশিত্তনা নোকই,
নুংশিতোম্বীসু শাওনিংনা থোকখি]

কোবা- মুংশিতোম্বী হল্লগেরা ।

নুংশি- হোয় তাদ—[থোকখিবা]

পিশক- অদু হেক্ত হৌদোকসিরা নত্রগা নাকোয়ননা হায়সিরা ।

বকুল- নাকোয়ননা হায়বগী কান্নবা করিসু লৈতে হাকুমগী ইলেকসন্দা মানা হায়খিবনি নোংমৈদগীদি ঐ পোত্থারগে নগারোল নখোয় অমুক লাইবক য়েংলো ।

কোবা- ঙাংনবদি ব্রাদোরিবনি, মখোয়দি য়োং হনুবনি ।

পিশক- করিগী ব্রাদোরিবা, ব্রানোম্বা নত্তে, হায়ফম থোকপগী হায়বনি ।

বকুল- ঐগীদি মানা য়ারে ফরে, য়াদ্রে লন্নাই মীরেপ ওইনা চোংথোকপা তাবনি । মতম লৈরিঙৈদা মাগী অশেংবা ফিরেপ অমা থঙদবা য়াদে ।

কোবা- ব্রাফমদি পিশক নঙনা ঙাং-শকপা হৈ, য়ারবদি নঙ কান্নঃ থরা হৌদোকউ ।

পিশক- এ ! ঐ হৌদোকহন্নু ! পার্টি তিন্নদ্রিঙৈদা নোংমা ঐগী খবরদ য়াম্না থিনা হায়খিবদগী শাওনদুনা লৈরিবনি । থম্মোইদা বোম ফুম্নরিবনি ।

বোকুল- ঐ ঙাংহন্নু থবকসি ঐগীনি, নখোয়না খজিক্রুং হৌদোকউ ঐ তু ইল্লক্কে । হন্নবা য়াদে ।

ডাংবি- [থোরকই] এ। ঐখোয় লৈকাইগী লিদর ডাক্তনিনে করি কমদৌসেবা—নখোয়না। হায়রবা রিভর বন্দ থোনবগী কনট্রেক তু নখোযগী নমিংদা থোক্লবনি। শুবা তৌবা য়ারনি। অদুগা। হুঃ হুঃ অমুক্তং উন্নকাদো।

কোবা- খুড়াইবুংঙো।

ডাংবি- অদুগনে কোবা, নখোয় নচেগী কেরানি ওইবগী রাকমচুস্তু য়াওল্লবনি, ঐ পাউ চেনগে থল্লম্বনি, নঙ উন্নবা ফবে — থর হায়খো।

সিপাহ- খুড়াইবুংঙো হন্দক্কী ইলেকস্রন অসি ঐখোয় কাংবুস্তু।

ডাংবি- হন্দক্কী নখোয় ময়াম চংদুনা কন্না হোৎনদবা যাদবনি। ঐখোয়গী লৈরিবা কাংবুশিস্তু য়ানবক্লি। ঐগী যানবা কেনদিদেট শিং অসিনবু রিট্রন তৌরক্লবা, কাংব্লবদি ঐ সিং এমঃ অসি অমক্তং, লাইবক য়েংগে থল্লিবনি। ঐগী কেন্দ্রগীদি করিস্তু চিংনদে। মরমদি নখোয় থ্বাই লৈরেদনা।

কোবা- হৌখিবা ইলেকস্রন্দদি হন্দক্কী তাম অসিদগী হন্না লেপ্পি-বোই লোইবে হায়খিবদো— হন্দক্কস্তু অমুক লেপ্পা তারিবা?

ডাংবি- লেপ্পিবোই হায়বদু তারে [মখোয় অহুম হরাওই] লেপ্পরোই হায়বদি লেপ্পুনা চথরগনি হায়বনি। মসি ঐগী প্রোফে-সেনেল ওইরে, মসি ঐ পোথাবা য়াদ্রে। তারে—, ঐগা লেপ্পা নিন্নগদৌরিবা কাংবু থরনা শন্দোকলিবা পাওদু—

ঙাংবি— অবানবনি। টিকেৎকী মরমদা করিমত্তা চিংননিঙাই লৈতে ঐনহুম অতোপ্পদা পিগদৌরিবনি। [তমক নুঙাইতে]

(ত না)- লোইবিরব্রা খুড়াইবুঙো!

ঙাংবি— মখা তাবকখিগেনে— নঙনা খঙদহুনা তৌরিবনি, ঐখোয় কেন্দ্রসিদা গর্ভমেণ্টকী মতিক চাবা স্কুল শঙ লৈত্রি, কোয়-লাস থাদবা সোরোক, ইণ্টর ভিলেজ রোড কয়া, মৈ ফংদবা, ঈশিং ফংদবা, সরকারগী শেন্থং ফংবা ইন্দস্ত্রি লৈতবা, লৌমিশিংগী হারগা, মহৈ-মরোংগী শেন্থং, কান্নবা ঙসি ফাওবদা ফংদ্রি।

বকুল— অহুগুম্বা অরাৎপা কয়া লৈবদগীনি ঐনা হন্দক্কী মীখন্দা চোংথোকচরগে খঞ্জরিবনি। অহুনদি ঐনা লাক্কদৌবিবা মীখলদা মীয়ামগী য়াইফনবা হেন্না ফবা খুঙ্গং অমা ওইনবা মশানা মশাগী মখোঙদা লেপচবা ঙম্বা খুঙ্গং অমা ওইবা পাম্লিবসি।

ঙাংবি— চুম্মী নঙগী রাখলহু— চুম্মগী এমঃ এলঃ এঃ ওইবনদি কবিস্থ য়েৌনা শেন্না ঙমদ্রে— অহুননি ঐনা সিঃ এমঃ অমুক্তং ওইহুনা মায়কৈ অসিগী অরাৎ-অপা কয়া শেম্মিং-লিবসে।

কোবা— হন্দক্কী ইলেক্সনদি নহাবোল য়াম্না লেপ্পগদৌরি। অহল লমন অয়াম্বা পোত্থানখ্রে।

ঙাংবি— চুম্মী নহা ওইরিঙৈদ তুংগী আশা খনগদবনি। নখোয়গী জিঃ পিঃ লেভেল ফার্মস কো ওপঃ সোঃ গী রেজিষ্টর অদুস্ু য়ারবনি—মদু য়াম্না কান্নগদৌরিবনি। মলতি পর্পজ স্কিম কয়ামস্ু য়াওরিবনি। মদুস্ু নখোয় ময়াম মেম্বর ওইশিন্দুনা হোৎনদবা য়াদবনি। পিশক কমদৌরিবা, নঙদি ঙসিদি ইঙাং ঙাংদে। নঙগী খবর-দুন। হাপ্পা কাংদে ঐবু চৈবসিনা থিনা থিনা হায়খ্রেদা।

পিশক— হুজিক্তী থাগৎপগী রা ঙাক্তা ওইনা ইজরবনি।

ঙাংবি— থাদি থাগৎলি হায়ববু ইয়ৌদি য়ৌদেদঃ।

পিশক— হাকুম ভোটতদি খুড়াইবুঙোনা নোংমৈ ইলেক্সন লাকপ-দদি ইচাশা ঐ পোত্থারগে হায়খিবদুবো কাওবিগ্রব্রা? নখোয় নহারোলগী মরক্তগী থাগৎলসি হায়খিবদুবো?

ঙাংবি— চুম্মী মতমদুদদি হকচাংসি য়াম্না ফৎলুদরে। রাজনী-তিদগী তশেংনা পোৎথারগে খল্লুরে। অদুবু হুজিক্তী হকচাং অসি য়াম্না ফগৎলে মন্ত্রী ওইরুরবনিনা রাজনী-তি য়াওরুবগী অশেংবা মশক্তু খঙলে। অদুনা ইচাশা বাজনীতিগা ঐগী পুন্সিগা থাদোক্লবসি ইপামক পামদ্রে হা করি হায়গে ইচাশা?

কোবা— হয়েং করিগুম্বা টার্ম শুদ্রিঙৈদ কাকা থুপখিবা তারদি কমদৌবা?

ঙাংবি— মতমদুদি নখোয়না হোৎনহৌবা তারেদনা।

পিশক— ঐখোয়দি য়াববদি হন্দক্তগী পোত্থাবিরো হায়জরিবনি।

ডাংবি— নত্তে, নহারোল নখোয়গী মবক্তগী থাগৎনিংবা কেন্দিডেৎপু কনানো ?

কোবা— ঐখোয় মরুপ বোকুলসি লাইবক য়েংহনসিরা খঞ্জরিবা।

ডাংবি— হেন্না মতিক চামল্লবনি— অদু হুজিক ঐখোয়না ওইরিবা পার্টি অসি শরবুৎ পার্টিনি, চম্প্রা, চিনি, ময়াম পুল্লগা থোকহল্লকপা অনৌবা মহাও অমনি ।

বকুল— ঐখোয়গী পার্টি অসি মমাইনা সোসিএলিজম ওইবা, মখোংনা গনতন্ত্র ওইবা য়াংলেন শরূনা কেপিটালিষ্ট ওইবা থরাইনা শাজিন্নবা প্রোলেটিরিয়েন গী ওইবা শারং উপু পার্টিনি। মরমদি শারং উপু অমগীস্থ কচিন মরি, মমাই মরি লৈ।

ডাংবি— হুজিকপু রাজনীতি দল মচেৎ তাদনা করম্বা পার্টি লৈরিবগে। হুজিক লৈত্তান পেৎলিঙৈসিদা শানিংবা মওংদা শাবা চপ চাবা মতমনি। হুজিক রাজনীতি দলগী অশেংবা মশক অমা লেপ্লমদাই অসিদা ঐখোয় পোত্থাবা য়াদে— ঐ পোত্থাবা য়াদে। লোকেল পার্টি গা ইন্টরনেসনেলিস্ত পার্টি গা পুনশিন্নবা—রসগুলাগা ইরোনবগা তোৎলগা চাবগী মওংদা লৈরে। মসিগী মহাও ঐখোয় তংলমদবা য়াদ্রি ।

বকুল— ঐবুস্থ মীয়াম্না, নহারোল কাংবুনা শৌগৎপিনি হায়রি। অদুগীস্থ মথক্ত ঐনা চপ চানা খঞ্জরিবনি।

ঙাংবি— [শাওনিংনা] শৌগৎপা শৌগৎতবা ঐ খঙদে। নখোয়-গুম্বা ঙরাংদগী অঙাং পেৎ-পেৎ লাওবনা কারগা করি তৌগদৌরিবা, মন্ত্রি মুন্নবস্থু য়াওবা ঙম্লোই। মী খরনা য়ারগা ভোট হেক্তা কাবা য়াব্রাও, মী খরনা য়ারগা ভোট লেপ্পা য়াবা নত্তে ভোটকী মগুন য়াম্মা লৈ ইচাশা।

বকুল— ঐস্থু কলেজগী জেঃ সেক্রেটারি, ষ্টুডেন্টস ইউনিয় গী জেঃ সেক্রেটরি চহি ২/৩ ওইরম্লবনি। ভোটকি মগুনস্থু খঙলে, ভোটকী মহাওস্থু খঙলে।

ঙাংবি— মসি প্রোমোসন লাইন নত্তে— এলঃ ডিঃ সিঃ দগী ইউঃ ডিঃ সিঃ কারকপগুম ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন গী সেক্রেঃ দগী এমঃ এলঃ এঃ দা প্রোমোসন তৌবা য়াবা নত্তে। ঐনা মীয়ামগী সেবা তৌবদা নখোয়না কবি পেন্দবা লৈরহুনা নখোয় অমুক চোংথোবক্লিবনো।

পিশক— হুজিক্কী কেন্দিদেট সি অয়াম্বনা লাইরিক হৈবা ঙাক্ত লেপ্লে। এখোয় কেন্দ্রগীস্থু মশানা সহি তৌবা ঙম্বা কেন্দিদেট দরকার ওই।

ঙাংবি— 'ক' খঙদ্রগা সহি তৌবা হৈত্রগা কৈদৌএগে— খর তৌর নহারোল [শাওনা] 'ক'ময়েক খঙদবা ঐননিনে নয়াম্বগী ওজা হাপ্লিরিবা কো-ওপঃ সোসাইটি কয়া লিংখৎলিবা, কোয়লাস থাহল্লিবা থিকা পিরিবা ঐখোয় মতমদদি ইংলিস তম্বসি মাংই হায়হুনা তম্লক্তবনি—লাইগুদি খংদি

ঙাংবি— খঙদনা। ঐ রা হায়বিগে মুম্না তাও— মীয়াম্না য়াম্না শাংনা শোম্নবা মীয়াম্না য়াবা মীনা মীখলদা অমুক য়াম্না মায়থিহৌহুনা লৈরিবসি করিননো খংব্রা ?

কোবা— মহুদি ভোট য়াম্না ফংদবনা কাদবনিনা

পিশক— ভোট য়াম্না ফংদবা হায়বসি মীয়াম্না য়াদবনি

ঙাংবি— ঐনা হায়রিবসিনি নখোয় করম্ব খঙবা নত্তে। মীয়াম্না য়াবা রাজনীতিরালা ইবোতোন রাজনীতিদগী পোথাখি, ঙাওচৎনরি ময়াদা মৈ হোরবা লাইরিক হৈরবা কয়া করিম্ব খঙব্রবা ঐখোয়না শত্রং পো শিনবগুম শিনবিরি। ওফিসার কয়া খল্লরি প্রমোসনগী, নহারোল কয়ানা থবক্কী, পুম্নমকসি রাজনীতিরা ? মীয়াম্বু ঙাইহাক্কুং ভোট হুমিত্তা, মীৎকুপ অমত্তং য়াহনথিবা মীদো রাজনীতিরালানি। ঐখোয় মন্ত্রিস্ব অহুমঙাই থোং হোংবা, য়ুম শঙ্গাবা, পব্লিক মিটিংদা রা ফজনা ঙাংবা ময়ামসি লৈবাক্কী সেবারা ?

বকুল— মহু তুং কুইবা ঙম্লোই।

ঙাংবি— রাজনীতি হায়বগী খুদমদি ভোটনিনে ভোট। ভোট হুমিৎতা ঐঙোন্দা ঙাইহাক্কুং ঐগী সিম্বোলদা নমখিনবা য়াহনবা ত্তাবনি। চহি মঙাগী মন্নুংদা ভোট ময়াদ পুথোরকপা পার্টি গী মেনিফেষ্টো কান্নদে। কমদোনা ঙাংগনি ? রাজনীতিশ্নী রাঙাং তাও—কনাগুম্বা বেসোন

ভাংবি— য়োনবা অমগা থাও য়োনবী অমগা, কোবী য়োনবী অমগা অমুক্তদা য়াহনগে, মখোয় য়াওনা পুম্না ব্বারী শাগে হায়ববদি করি হায়বা তাই ।

পিশক— করি হায়নি ভাই [অমদা ওনশিল্লগা]

ভাংবি— অদুস্থ খঙদবা কোবি বোরাগী মরমদা ব্বারী শাগনি । ঐজ্জাগী কোবী বোড়াদু ওন্থোক্ল হাওখ্রে, কনাগী বেশোন্নো থাওবু ওন্থোক্লা শেংথ্রমাল্লে— মনিপুরগী লৈহাওদা থাবা কোবি ওইরমল্লে ।

বকুল— [নোক্লদুনা] অদুরা মীয়াম্না য়াবা রাজনীতি হায়বদো ?

ভাংবি— অসিগুম্বা মীয়ামগী ওইবা ব্বারীসি নখোয় খঙবা তাই নত্তে, নখোয়বু পৈশা কয়া লৈজরগে মীয়ামগী সেবা তৌগে হায়রিবদুবো ।

কোবা— পৈশা য়াওদ্রবদি লৈবাক্কী সেবা তৌবা য়াদ্রাও ?

ভাংবি— ভোট লেপ্পদা পৈশা য়াওদবা য়াই হায়বদি ভোট লেপ-ত্রগা মীখলদা কাদ্রবস্থ লৈবাক্কী সেবা মীয়ামগী য়াইফনবা হোৎনবা য়াদ্রা ? নেতা ইব্বাবোৎ; গান্ধী, জয়প্রকাশ নরায়ন ভোট লেপত্রবস্থ লৈবাক্কী সেবা তৌখি । মিটিংদা মাইক্রফোন হেরো ওইরগা লৈবাক্কী সেবা থক ওইরোই । হুজিক মতমগী মীগী হায়ক্সরবদি ঐসে চপ চাবা মন্ত্রিনি । খল্লুখো— খল্লুখোদ— পাক য়াবা নত্তে।

বকুল— খনবা লোইদুনা লাকচরবনি— ঐস্থ হন্দক্কী মীখলদা কেন্দিদেৎ অমা ওইসিরা খঙ্গরি, খঙ্গরিবনি ।

ঙাংবি— খল্লুখো, য়াম্না মুন্না খনখিগদবনি। নঙস্তু পার্টিগী টিকেৎ ভান্নবা য়াও ফংলবদি নঙগী হোৎনগে। ফংদ্রগদি পার্টি প্রিন্সিপল নিয়মগী মতুংইন্না পার্টিগী থবক তৌবা ভাই।

বকুল — খুড়াইবুঙোনা টিকেৎ পিবগী মেম্বরদা য়াওরে। খুড়াইবুঙোস্তু এপ্লাই তৌগদৌরি— অতুদবু ঐনা ফংখিগদ্রা থাজদে।

ঙাংবি— অতু ওইববদি নহাক ইন্দিপেদেণ্ট মীরেপ অমা ওইনা চোংথোক্কে অসিরা।

বকুল— ইন্দিপেদেণ্ট ওইনা চোংথোকপস্তু য়াই। অতুগা অতোপ্পা পার্টিগী টিকেটতা ওইনা লেপ্লবস্তু য়াই।

ঙাংবি— য়াই, য়াই। ভোট ময়াদ টিকেট হাবা পার্টি য়াম্না লৈ। ঐগী রাদি খল্লুখো। ভোটপু অমুক্তং লেপ্লুরবা মতুনা কাদ্রবা মা শোয়দনা ঙাওচৎনগনি। তান চাদ্রগনা পুমঙাও ঙাওখিনি ঙাওবগী খুদম পিনিঙাই য়াম্না লৈ।

বকুল— কাদ্রগা করিগী ঙাওরুনি ?

ঙাংবি— করিগী ঙাওদনি। রাজনীতি মমুন ফাদ্রবদি ঙাওবনি। মীয়ামগী সেবা হায়বসি প্রাকটিকেল লাইফ অওইবা ওইনা হায়বা তারবদি মীতু সংসারদগী ত্যাগ তৌবা, থাদোকপা, কথোকপা তাবনি। নঙ মতু কৈশু ঙম্লোই।

ঙাংবি— নয়ুম পাল্লে— নচা য়োক্কনি থাক্কনি— নঙগুম্বা ঐগুম্বা অপাম্বনা থল্লবা মীদগী কৈদৌঙৈদম্তু রাজনীতিগী অশেংবা পাক খঙলোই।

বকুল— অহুগা করিগীনো মীখল ময়াদ মীয়ামগী সেবা তৌগে হায়দুনা অসুক য়াম্না চোংথোক্লিবসি।

ঙাংবি— ভোট ময়াদ মীখলদা লৈবাক্কী সেবা তৌগে হায়দুনা অসুক্কী মতিক চোংথোক্লিবা মখৈ, রাজনীতি পার্টিনা অসুক্কী মতিক য়াম্লিবা। লিদরনা ঐ ওইনি ঐ ওইনি হায়দুনা হিয়াং তান্নবগুম তান্নরিবা লৈবাক্তো অরাবা তারগদবনি। মীয়ামগী সেবা, মীয়ামগী সেবা হায়না মচিন্দ শোনবা লিদর শাবা কাংবুদো— খজিক্ত ঙাইরে মীরোল অমগী মখুত্তা য়াইবী মাংগদবা। হায়বিদে হায়নি— মসি রাজনীতিগী লারৈ লাথুপনি। বকুল ঐ নঙবু সুংশি, চৎলো চৎলো খর খন্থরুখো।

বকুল— খুড়াইবুঙো হন্দক্তী তশেংনা চোংথোকচরনি।

ঙাংবি— নঙগুম্বা, নমা-নপাফাও তিন্নবা য়াদহুনা তোঙাল চারবা নঙনফাও মীয়ামগী সেবা হা-হা-হা [নোকথোকপা] মীখল— পৈশাস্তু লৈতনা- [কোবানা শাওনা হোচ্চনগে তৌবদা পিশক্লা খাম্বা।]

বকুল— খুড়াইবুঙো নঙগুম্বা য়ু থকপা হুরানবা, লমচৎ চুমদবা মীনা মন্ত্রি ওইবদি য়ারগা ঐগুম্বা নঙবু তরায়ক তম্বীবা

বকুল— ঙম্বা ঐনা করিগী ওইবা য়ারোই।

ঙাংবি— তম্বীবা ঙম্বা, চম্ফুৎ নঙ হাজোক্তা নম্মুরা ? ঐম্ম গুন্দা ওইনা হৌরক্লিবনি।

[বকুল হোৎচিল্লি, খামদোক্লৈ— চৌকি কাওরগা ]

বকুল— নঙগুম্বসিদি হয়েংদা ঙাইরে নোংমৈ গুলি মরু অমনা লোই-শিনগদৌরিবা—তারিখ ঙাইরিবনি। ভোটতা মাইথিবা পিরগা পিরে নত্রদি খঙঙেদনা —চিংথোকখিবা—

ঙাংবি—জাপানগী নোংমৈ কোহ্লিং কাবা অমা পায়রগা কিবিগদবা মন্ত্রি ওইরবোই নিংইয়ে [নোকই]। নোংমৈ মরু য়োৎকে হায়তুনা লৈরিবনি।

[ময়া লাওনা কাথোকই]

[লাইট ওফ]

## Act II

● সুংথিল পোবোপ ● লম্বী

মনুংদগী— ইনক্লব—জিন্দাবাদ

"চম্বুরা ঈরূপ—" জিন্দাবাদ

[শ্লোগান খর লাওবা তাই, মরক সিদা শিল হায়দোরকই]

তোমাল- মখোয়গী রেলি অসি ওন্থোক্লা য়ামখ্রেদ, মখোয়না কাথ্রনি।

কোবা— করিনো তোমাল নঙনা তৌরিবা অতুবো ?

তো — ঐখোয় উতাংবীগী লাঙ্গোল অসি মচিল কুম্লনি। কালেন তেম্পাক ফকপা য়াররোই।

কোবা— করিগীনো নঙনা নিংহন্নরিবসিনা।

তো — নিংহন্নদদি, খবর কাগজদা অতুক য়াম্না ইপ্রবতুদি।

কোবা— নত্তে, করি হায়না ইরিবনো ?

তো — লৌমী শিন্মীগী পার্টিনিদি মহায়, অতুগা ঐখোয় লিদর-শিংদি লৌয়াম চাবা, শেঙ্গাও পাইবা— অঙাং পিশক্কী লুপাগী মরি ফাওবা বন্দোপ লৌবা, মচিন্দনা লৌমী শিন্মী, থবক্কদা বুর্জজুবা।

কোবা— নত্তে নঙনা পন্নিবতুবো করিনো ?

তো — ইন্টরনেসনেল পোলিটিক্স, পৃথিবীগী ওইবা রাজনীতি, লৌমী শিন্মীগী পার্টিনি হায়রগা মেনিফেস্টো থেন্নবা, আইদোলোজি থেন্নবা পার্টিগা খুৎশম্নরগা করি কান্নে ?

তো — কৈরাক অরাংবা কারগা মখাদগী মীগা খুৎশম্নহুনা চৎপা য়াগদ্রাও ?

কোবা— পঙথ্রে, লিদর মশেন য়ানহুনা তৌবনি, পুন্সিন্দবা য়াদবনি।

তো — পুনশিনবগী কান্নববু করিনো ?

কোবা— শেঙ্গাও পায়বগা, লৌমী শিন্মীগা পুনশিনবা হায়বসি ঙাক্রা থোংবদা হাপ্পা হঙ্গাম, আলু— পেংবা থোংবদা হাপ্পা হরাইথারাক, সঙ্গ ফবদগী কয়াদ মহাও হেনগৎলিবা নঙগী থাও ঙৌদবা লাইরবা উয়ানগী চক্ফুৎ কংমেত্তা পুন্সি লোইশিনবা করি কান্নে ? কান্নদে তোমাল, নরিংজেল ফরুন্নু, কান্নরগা লোইরে।

তো — অহ্নবুদি নঙন্না ঐখোয় পার্টিদা চোংশিল্লক্তুনা লিদর ওইরিবা সিনিদনা মীরৈবাক্কী য়ুম ফজবদা লৈবা য়ারোই। য়ুমলোম্নবা খংন-চান্নবগী শাইজিন্দা পুন্সি লেনবা ঐ পামদে। নোং য়ুরবস্তু য়ুনা কাক মথোঙ পুথবা অপৈবা থাংপোকশঙ অসিদা হিংমিন্নসি।

কোবা— অহ্ন আদা খঙদে, হন্দকী ভোট ফাওবসিদি য়াওদবা য়াদে।

তো — ঐখোয় মীরেপতি থাগৎতনা, য়াওরোই। খর লৈরবদি ঐখোয় পার্টিসি শৌগৎ পার্টি হায়নরক্লনি।

কোবা— কৈনোনে 'শৌগৎ পার্টি' হায়ববু— ?

তো — নিউজ পেপরদা ইরিবহুদি ভারিদা— উতাংবী পার্টিদি

তো — শৌগৎপার্টিনি ম্যুনিসিপালিটি ইলেক্সনসনা অতুগী মীরেপ শৌগৎকনি। এসেম্বলীগীদনা অছু শৌগৎকনি ঐখোয়গী মীরেপ্না থাগৎতবী। মীনা মন্ত্রী ওইরগা নঙনা মুংঙাইরে মীনা অহাওবা চারগা থল্লো।

কোবা— দল অমগা দল অমগা ঙাথু থেংথু লেঙ্গোয়হনা চৎনরবা মতম অসিদা মতোমতা হিংবা ঙম্বা করম্বা দল লৈবিবগে। ফবে, মসি সোরোক্তা থন্নবা মুংঙাইররোই, হয়েং পার্টি কনফরেন্সতা পুথোকউ চৎথরসিদনা।

তো — নঙনা চথরসি হায়রবদি নহালগী শেল খায়বগী হিসাবতু শেংদোক্লুথিসি।

কোবা— কৈনোনে হিসাব শেংদোক্লবা হায়ববু। নহালগী পৈশা-হুদি পব্লিসিটিগা চাক চানবগদা লোয়শ্রবহুদি। কায়দে, শেল খায়ক্লসি।

তো — নত্তে, নঙনা নহাল তুকান মক্লপতগী লুপা ১০০০ লৌখ্রগা ঐঙোন্দা পৈশা মরি খাইরমদে। য়েন চাবা অমথক পিজরগা নঙনা লোয়না হাৎখিবা ঐনা হায়দোকপিদ্রগা।

কোবা— ফরে, ঙসিদি তম্মাই তম্মাই য়েম্মরসি। ঙাইখো, মুংশি-তোম্বী লাক্লিভৈসিদা ব্বা 'মত্তা চমথোক্লহৌগে।

তো — মুংশিতোম্বী ভোট কাবদগী কলেজা য়াম্না ফরবনি। হৌজক্লমু চোপচনি। [মুংশিতোম্বী থোরকই]

কোবা— মুংশিতোম্বী, ব্বা অমত্তা হায়গে।

নুংশি — কৈনো। [শাওনিংনা]

কোবা— কদাই চত্তৌরিবনো ?

নুংশি— কলেজদা।

কোবা— নুংশিতোম্বী নঙ তৌবিমল খংমনদেকো। অহু রা'মস্তা হায়গে।

নুংশি— অহু কৈনো হায়রুবা ?

কোবা— নহাক্লগী এল, [লেটর] তুগী বিপ্লাই অমা পিরকপদি ফৈদনা।

নুংশি ঐ দ ংদেনা।

কোবা— নত্তে, নহাক্ন লিক্লাইদা শিন্নখিবনি, অহু হৌজিক ফাওবা ফংদ্রিব্রা ?

নুংশি— ছাত্র ওইনিংডদা অহুগুম্বা রাহু কান্নদে।

কোবা— ফবেনে অহুগীনা অহু ওইথ্রে- অহু রা'মা হায়গে য়াগদ্রাও

নুংশি — কৈনো হায়বু কৈদৌবগে ?

কোবা- অদো— নঙ হৌজিক লেদিজ রিংগী ওরগেনাইজর ওইরোদনা, থা-থাগী তলব খবস্ত ফংগনি।

নুংশি — ব্রদরনা ওরগেনাইজর অমা ওইনা লৈরিবহুবো তলব ফংবিব্রাও।

কোবা— রা-রা লাওবা য়াবা নত্তে, ঐখোয়না চেল্লিবসি তলব ফংলিবনিনে।

নুংশি — থাদ কয়ানো ?

কোবা— য়ামদে, ২০০ মুক্তনি। ঐখোয় পার্টিগী মী অয়াম্বা অতোপ্পা মীরেপ্পুগা পৈশা লাকতুনা ওর্গেনাইজেসন তৌবা ওম্লীবনি মখোয়দগী লাইবিক চেফোংনচিংবা লাকই, মতু য়োল্লগা ফংলকপদুনা ও র্গনাইজেসনদা শিজিন্নে।

নুংশি — ব্রদরদি মীরৈবাক্কী সিঃ আইঃ দিঃ ওইবিরবোইরে। ব্রদর ঐদি অদুগুম্বা মীরৈবাক্কী শেল লৌদুনা ঈরৈবাকপু মাংহনবা পামজদে।

কোবা— অদু ঐনা হায়বদি নঙনা য়াবিদ্রেদনা।

তো — কৈদৌগে নঙবু কোক য়াথোকখ্রোহে।

নুংশি— য়াইএ, মতম ৱাৎাল হায়বনে ?

কোবা— নুংশিববু চহি মতাং লৈব্রনে ?

নুংশি — ব্রদর নঙ ঐনা হায়রক্লবদি চোপচনি, শাওজনি।

তো — করিগী শাওদৌরিবা হেক্তা হায়দোকখো, নুংশিতোম্বী।

নুংশি — ব্রদরদি লৈবাক্কী খনবা মী অমগুম খল্লুই।

কোবা — মান্নিনে, ঐ তশেংনা লৈবাক্কী সেবা তৌগে খল্লিবনি।

নুংশি — অদু ব্রদবদি ঙাওশিন্নবা, ছাত্রগী নামাদা শেল থাইবা, নশাগী নুঙাইনবা স্যুট তাই, মুমিদাংদা হোটেল অচৌবদা চংবা মীনি হায়বা চপ চানা খঙলে।

কোবা— হেরা, অতুদি নোং ফাদোক মরুপ মপাংশিংনা হৌবদা চৎপনি। ঐখোয়দি মীনা হায়জিল্লিখৈ পল্লবনি, বদনাম পিনবা হায়জিল্লিবনি।

নুংশি — অহু, নহালস্ত অতোপ্পা রাজনীতি পার্টি অমদা য়াও-রমই. হুজিক্কা উত্তাংবীদা য়াওরে। তেল্লবা চহি ১/২ সিদা তাদনা য়াওদবা পার্টিবু য়াওশিল্লক্লোইদৌবি।

তো — নুংশিতোম্বী নও কবিমত্তা থাক্লোইদৌরি, লোয়না হায়-দোক্কদৌবি ইচলসিদি অহুনি, লোইনা হায়দোকউ।

নুংশি— শেংনা হায়রবদা ব্রদরবুদি স্ত্রিট বোই অমনা হেন্না ইকাই খুম্নিংই – [শাওনা চৎখিবা]

তো — হায়রেহৈ।

কোবা— [লাওনা] ঙাইখোনে নুংশিতোম্বী। নঙদি ফরেহে, ঐনা হায়খি হায়বিদ্রগা, মাদি মন্ত্রি ঙাংবিয়াগী অতোম্বী ওই-দৌরমী। অহুনি মানা ঐঙোন্দা য়াগ্রিবা ?

তো — ভুমিন নৈয়ুদ, মীগী কলেজ ছাত্রী চহি ৩০ ফাওবা শুদ্রিবা অসিনা চহি ৫০ হেল্লবা অহন্দুদ; ওইরোইদবা রাহু কান্নদে।

কোবা— হেরা য়েংউদনা থা ১।২ অসিদা শোয়দ্রবনি। ঐ পাও লোইনা তাববনি।

তো — নঙনা লোয়না হায়দোক্লমলেহে, শিবনা হেন্না ফরব-জাৎনি।

কোবা— মানা শাওগে হায়গে শাওসনু। ফরে, ঐ মা কোয়রোই। ঐবু মীনা করি হায়খিগদগে হায়রুনা তৌবনি, হুন্দক্কী ইলেক্সনগী টিকেট তান্নগেদো ঐখোয় কেন্দ্রগী লেপ্পিনবসু লৈতে।

তো — অহু কদাইদগী পৈশানা লেপতোইনো, পৈশা য়াওব্রদি য়ারোইনে ভাই ।

কোবা— পৈশাগী ৱাদি বদনাম তৌনি হায়তুনা তৌবনি । ঐনা পাউ পুবম্বা ডাক্তর খুপী অমা লৈ— ঐঙোন্দগী চহি ৬।০ মুক হল্লম্মী । [খল্লি] মধুমতিহু ঐ লৌশল্লসিবা ?

তো — নত্তে, নঙগীহুবু ফাগীবা ? অওইববনে ?

কোবা— অওইবনি, ঐখোয় পার্টিস্থু খর তিন্ন । হৌজক হৌজিকমক পার্টিগী থবক ইনথাংস্থু খর চেনমিনবি ।

তো — নঙসি য়াম্না ঙক্কৌরি - মীঙ্গো হোংবা— তানিংদে হুজিক্না কম্মাই তৌহুনা নঙগী ও দৌনিবনো ?

কোবা — অহুদি কুইরে, ঐনা নমহায় তৌরিবা ?

তো মীনদি থিনা ঙাংনিদা ।

কোবা— মা ডাক্তরগী ওগানি, য়ামদ্রবদা হাদ ১০০-দগী হেন্না ফংইবনি মা লৌশিল্লবদি ঐ রাজনীতি তৌবা য়ারেদনা । চান্স অমদগী য়ারকপনি ।

তো — নত্তেনে, নঙগীসিবু তশেংনা লৌবা তাবব্রাও ? অহলনিহে ।

কোবা— হেবা অহু ৱাবুদি ঐনা নমহায় তৌরিবা কুইরবনি ।

তো — ফরে, মাস্থু ময়ুম পানবা খঙদবা কুইরবনি, নঙ তান অমা চারেহে—তোমচৌহু লাইরিক হৈতবী মশক ফজবী অঙাং অমা লৌবদগী রাজনীতি য়াওবা ঙমখিদ্রেদনা, তোকখ্রেদনা— নত্তে ফরেনে তশেংনা নবানিবু য়ানরব্রাও ।

কোবা— অহুগী রাদি পাওসে; চিঠিসে—

ডিয়ার কোবা,

মুংশিবদবু চহিগী রাক্ষম লৈত্রা— ঐ নঙগা লৈনরিবা মরি অসে ঐখোয়গী লৈকাইগী মীশিংনা মুশুক মুশুক ঙাংনরে—। ঐ নঙবু মুংশিরুই তিন্নবদগী, মুংশিবদগী কাওবা ঙমদবা মহাও অমনা নঙবু পুন্সি অসিদা থাদোক্লীংদে— 'নঙগী রাদি খংদে' ঐগী অমদি নংনা এমঃ এলঃ এঃ, মন্ত্রি অমুক্তং ওইহনা নঙগী য়াইফবা, মুংঙাইবা অহুদা ঐগীহু শরুক মচেৎ অমত্তং ফংজনিংবনি।

তো — 'সিদি য়াম্না য়াবগী রনিনে-নঙগী রাজনীতিসিদি মুপী থেম্ববু য়াম্না হৈবিহে। চহি ৫০ শুবা হনুবানা লৈশাবী লোবা য়ারগা, কবি হায়গে সেক্সপিয়ারদফাও মুপীনা চহি ৭।৮ হল্লি। নোক্লগা —হা - হা—হা নঙ পাখোন্দুম শিজিন্নদনা তোক্লনিকো।

কোবা— রাজনীতি তৌবনি হায়হনা তৌবগা ঐগী মোরেলসিবু মীনা করি হায়রিনি। কান্নরগা লোইরে।

তো — ভাই; নঙনা উতাংবী পার্টি য়াওহনা সমাজদা অওনবা অমা পুরক্কনি হায়বসি মসি ওইগদবা মাল্লি। নঙোন্দা ইবাই থোকত্রনে। নিংহন্নদবা তাই, মধুমতিবু লোবা তাই, এমঃ এলঃ এঃ ওইবা তাই, ভোট লেপ্পা তাই, হুজিক নঙগী রাখল চুম্লক্লে।

কোবা— হুজিক মতমগী রাজনীতিরালা, মশানা ভোটকী মমল

কোবা — খওদবা প্রজাশিংগী চপ চাবা লিদরনি ঐখোয়। অহুবু খুঙ্গংগী মী কয়াগী পুন্সি রাজনীতিরালাশিংনা ফিবুন হাবী শান্নরি। মখোয়গী হুমাংমল ঐখোয়না চাগনি।

তো — কান্নদে, মওফাওনরো। শেলহুম খায়হৌরুস — রিসিপ্ট-বুকপু য়াওরক্লব্রাও।

কোবা — ঐনবু থাবা হৌনব্রাও — এ! মসিদি ছাত্র সমাজগীনি। ওইনিং ওইজসন্নু ঐম্নু সেক্রেটরিনি করিনো?

তো — অদুদি কদাইদগী হৌনি।

কোবা— ময়াংদগী হৌসি, মীতৈদি পৈশা পায়দে।

[ থোকখিবা— কবোক্লৈ মখুত্তা চোঙ্গা পায়দুনা চংলকই, পিশক্না লম্বেন্দা থেংনবা— ]

কবোক্লৈ — কদাই লেংঙুরিবনো?

পিশক — হায়মা; নওদি কদাইদগী?

কবোক্লৈ — উনখিদবা কুইরে, হুজিকপু করম করম পানবিরিবগে? মীনা তম্বদি য়াম্না মুংঙাইবিখ্রে হায়না তাইজ।

পিশক — মদু নত্তেয়ে, নিংবা কায়রবা শকফম অসি কনাদম্নু উহল্লরোই হায়দনা লাকচদবনি।

কবোক্লৈ — নিংবা কায়রিবদি ঐখোয়নি— অদুগা অদোমদি করিগী?

পিশক — খবর অমা, ফোংই মীনা কয়া পানীংদে। প্রেসকী শেল শিংবা ঙমদদুনা ফোংগুম ফোংদবগুম রাজনীতি য়াওই মপুং ফাগুম ফাদবগুম।

কবো — নিংহনবিরুন্নু কৈদৌবগে অখাং কনবা তম্বীয়ু। খবরনেনা মীয়াম তৌমিন্নরদি ফদবা, নঙগী ইমুং মন্নুংগী মী ঙাক্ত হাপচিল্লে, কনানা পানিংনি। মীয়ামগী য়াইফনবা নত্তে, শেল তান্নবা ওইনা তৌরেনে। এদভার্টিজগী ফোংবা খবর ওইনা তৌরদনা।

পিশক— ইডিটরনি হায়দুনা রাচৎ-রানোমগী খুদোং চাবা থর লৌগদবসু মন্ত্রি অরিবশিংগী হান্নগী খুৎফা ঙাক্তা লৈনগ্রবা। ফরেনে, লন্নাই ওইবা রাফম অমত্তবু হৌদোক্লসি।

কবো — কৈনো হৌদোকপিয়ু।

পিশক— ফরে, ঙসিদি অশেংবা রা অমা তাকপিরম্মু। য়ুম্নদি ঐবু তকশিল্লকই ঐনসু সোমবু তকশিঞ্জরি। উন-উন লোই-নমক চেন্নরি— কদোকদনো পন্থুংফম।

কবো — ঐদি হায়দোমচবা ঙমজদ্রবনি— ঐঙোন্দগী আশা তৌবিরুরন্নু, হায়জনিংই।

পিশক— করিগীনো, অদুক তয়াং তয়াং হায়দোকপিরিবদুবো?

কবো — ঐগী য়ুম্লোম্নবা, লৈকাইগী লৈত-লাইরগী নাহেখোল মরক্তা কমদৌনা।

পিশক— অদুগী রাদুদি ইনাকখুনবা ১০না লাইরবা ১ শৌগৎপা ঙমদে।

কবো — ঐখোয় অনিথক্তং মুংঙাইনবা হোৎনরগা, ময়াম থরসিনা

কবো— ৱাবা, পূন্নমকনি খল্লুবদা ঐ মীয়ামগী অঙম্বা মতেং খরদি পাংলমগে হায়না খঞ্জরি।

পিশক— হুজিক্কী গনতন্ত্র হায়বসি অমরোমদদি মুঙাইবা খৱগী-দমক অৱাবা কাংবু অমা— অৱাবা কাংবু মীয়ামগীদমক মুঙাইবা কোল্লুপ ১, অনিমক্কি লমজেন্নি, হেন্না ৱাবা হেন্না মুঙাইবা অমরোমদদি পূন্নমকসি ঈশ্বরগী নোংদমনি।

কবো — ঈশ্বরগী নোংদম নত্তে, অঙম-অথৌগী শঙা-গধা ওইর-গুমসি, মথৌনা মরিংজেল লৈবা মী ওইরসি।

পিশক— ফরেনে, লন্নাই ৱাদ লাক্লরসি— তশেংনা য়ুম পানবি-বরোই হায়বগী ৱারা ? নত্রগা মতম খৱ—

কবো — ৱাজনীতিৱালাগা ৱাজনীতিৱালাগা, কারবাবৱালাগা কারবারৱালাগা।

পিশক— ইবেম্মনা অতুম্মা লেপ্পীরবদি ঐস্ত ৱাজনীতিসি।

কবো — পিক্লিচৈদগী স্কুল-কলেজ তম্নকপদা মীয়াম মমাংদা থোক-তুনা শৈরেং থিবা, দিবেৎ তৌবা অমত্তসু য়াওবক্তনা, মীয়াম মমাংদা কমদৌনা পব্লিক মিটিংদা, ৱাজনীতিনি হায়তুনা ৱা ঙাংবা ঙমদৌরিবা?

পিশক— অততাই ওইরবদি ঙাংবা তাবনি [ৱা ঙাংবগী মওং] লমদম অদোমদা লৈরিবা মীয়াম পূন্নমক্তা হায়জরি। ঐখোয় ইতিহাসসিনা শাখিনি— লম অসিগী মথৌনা মরিংজেল শিংথাবা য়াই।

কাবো— [নোকথোকই] সোরোকনে।

পিশক — সোঁরি, ঐগী ভোকেল কমদৌবগে! মোদ ওফ স্পিচ করিমত্তা য়াওদ্রব্রাও।

কবো — মীনা ঙকই হায়খিনিয়ে, ইডিটর ওইবা তোকপিরো, পব্লিক মিটিংগী ব্রা ঙাংনবগী নেকচরগে। অদুবু নেকপা ফংজরোইদৌরি।

পিশক— করিগী?

কবো — বকুল লুৱাংগী মীনি। বকুল লুৱাং কেন্দিদেট ওইনবা ইনশিনবিরিবা অসিবুঅদোমনা নব্রাও? অদুগা কমদৌনা ঐগী ইতেং পাংবিগদৌরিবা?

পিশব— অততাই তারক্রবদি ইমুং মমুংনা কল্লি হায়নবহুনি।

কবো — হুজিকমক্তি ওইদ্রিদনা।

পিশক— কান্নদে, ৱাসি শমজিন্নরসি, ভোৎ লেপকে লেপউ, রাজ-নীতি য়াওগে য়াও—তৌবদবু ঐগী য়ুমদা লৈরগসু হোৎ-নবা য়াইদনা। হায়বদি য়ুম পাল্লবী মুপীনা রাজনীতি য়াওইহদে হায়বা করিসু লৈতেনা।

কবো— হুজিক সোম্না পাম্বীরিবসি করিনো?

পিশক—পিক্লিভৈদগী মুংশিনরকপনি, হুজিকপু কায়নবা তাবিব্রনে?

কবো— হুম মহু য়াদ্রি, হুজিক ঐখোয়না সোমদা লুহোং খোং-দোংবগী লাংলিভৈদ ভোক্তি হয়েং হংচিত্তা ঙাইরে, ভোট খোম্বসু নংহৌরোই ভোট লোইরগা কোম্না ঙাংনরসে।

পিশক— হোয়, অদুগীবুদি য়াইদ।

কবো — হয়েং ঐগী ভোত্তা করি মতেং পাংবিগদৌরিবগে ?

পিশক— ঐনা ঙমজবা শেলদগী, হকচাংদগী, পাঙ্গলদগী, খবরগী ফ্রন্ট পেজদা অদোমগী ভোটকী এদভরটাইজমেণ্ট, ইডিট-রিয়েল কলম সোমগীদমক রিজার্ভ থমজরবনি।

কবো — অদুগা হয়েং করিগুম্বা মতমদা সোমগী অনিংবা পাং-থোকপদা ঐগী আশাদা অপনবদি পিবিগনু। অদুদি ঐস্থু মিটিং অমত্তা য়াওরুখিগে— বাই—বাই—।

[লাইট ওফ]

## Act III

ইবোচাগী য়ুম                                        মুমিদাংৱাইবম

[ময়াই ওইরপ্না নুংঙাইবা ইমুংগী মাঙ্গোলনি।]

ইবোচা— করিগুম্বা হন্দকপু কাহৌদ্রবা ঐগী সহরগী পুন্সি থাদোক্কুনা লরাইদা অর-তিতিদা হায়থগ্রনি — রিভরস কো-ওপরেটিপ লেভরর্স কো-ওপরেটিপ মুপী মরুপকী লুপা/লুপা খায়গৎলক্রিবা শেলয়াম ঐনা কদাইদগী শিংগদৌরিবা? ক্লব-গ্রাণ্ট, স্কুল কোলেজ গ্রাণ্ট-মখোয়গী শেলয়ামশিংসিনা কদাইদগী শিংগদৌরিবা, গ্রাণ্ট ময়াম লান্না শিজিন্নৈ হায়বগী কেসম্থ লোয়দ্রি। ঐ ৱাদৌরি। এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রি অমুক্তং ওইরবদি করিম্থ লৈতবা শেনফমনিসে। ঐ ভোট কাদবা য়াদে।

পারি — [চংলকপা] করিনো নতোমত লাও খোংলিবা অহুবু— ।

ইবোচা— ঐগীদি বন্ধু নত্তনা উপায় লৈতে। তশেংনা বন্ধু ঐগীদি চামগী মাম শৌকুনিনি।

পারি — করিনো ঙাংহনা লৈরিবহুবো?

ইবোমচা- করি তৌসি হায়রিবনো?

পারি — ভোত্তি, থা ২/৩দা ঙাইশিল্লক্লে। হুজিক ঐখোয়গী ফিভম করিনো থঙদে?

ইবোমচা- ঙাইখোনে, তপথখোনে, করি কমদৌরগা ভোট ফংগদগে মতুংতুম খন্নসি।

পারি — ভোট ফংদ্রবদি ভোট কাদে। ভোট ফংবা হায়বসি করিনো ?

ইবোমচা- ভোট ফংবা হায়ববু মী য়াম্না ফংবা, ঐগী মী য়াম্না লৈ· নবা থৌরাংসদ তৌবিয়ু। মী য়াম্না লৈরবদি ভোট কারে।

তোম্বা— [চংলকই] তাদ পাবি য়ৌবক্লেদনা।

ইবোমচা- লেংশিনবিরকউ— [২]

পারি — য়েস, অশা লৈরে। ঐখোয়গী শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং-শিং অসি হৌজিক কেন্দ্রসিগী মন্নুংদ কদাইদা কনা লৈরি। কনাগা কনাগা মরি মতা থোক্লরি। পারোল-পুরোল থিগৎপা তাই।

তোম্বা— অদুগা অমসু লৈরে— মৈতৈ মরূপকী কাংবুনা নঙোন্দা ভোট পিয়ু য়ানবা নঙগী মীংগী অরোইবদা মীতৈ তাবা নত্রগা য়েক তাবা অমা নত্রগা য়ুম্নাকা মীংগদা শেমদোক শেমজিন তৌবা অমা।

পারি — অতুসু য়াই— অতু ওইরবদি গঙ্গা থকপা পার্টিসু খর ফংনিনা !

ইবোচা—অতু ওইরবদি ঐনসু য়ানিংবা কান্নবা অমা লৈরে।

পারি — করিনো হায়য়ুনে !

ইবোচা—ঐগী মীংসিন্থ বেলোট পেপরগী সেরিয়েল রান্দা লৈমবা ওম্থোক্লবা অদু ওইরবদি শোয়দনা অহানবদা নমশিল্ল-কপা মী ৫০/১০০ ওইরবস্থু হেন্না ফংবা য়াইনা।

তোম্বা— করি কৌগে হায়বিবনো ?

ইবোচা— করি কৌসিগে অথোই তাদে, আবুং-অচৌ, মখোয় মশেল 'অ' হৌবা চৈতপ হাপগা তান্নে। স্বর ময়েকনী মহুত্তা স্বর ময়েক্লা শিল্লবদি আইবোচা তারেনে। অবোচা কমদোই।

ইবোচা— পুরা য়ুম্নাক মীং য়াওনদি।

পারি — হোই, মদু খন্ন-হৌবা চুম্বনি।

তোম্বা— হায়বকউ তাসিনে, করি থোনগে হায়রিবনো ?

ইবোচা— অবোচা মাইবিয়া মীতৈ।

পাবি — রান্দরফুল অঙকপনি, নঙ শোয়দনা ভোট কারনি।

তোম্বা— চুম্মে 'অ' না হৌবা তারবদি নমিং মকোক্তা শোয়দনা লৈরনি। মথং, ওজা পাবিগী সজেসন অমত্তং—।

পাবি — ঐ অঙাং অয়াম্বগী বিদ্য আরম্ভাগী ওজানি। ঐনা তম্বীরিবা ছাত্রশিং অসিগী মমা-মপাশিংন্থ ওজা পন্দুনা রাশকহল্লগা লোইরে।

ইবোচা—শোয়রিরোইদ্রা ?

পারি — শোয়জরোই— অদুগা তৌবদদি ঐনা রাজরিবা অসিগী তৌবিমল খংবা তাই।

ইবোচা— ইলেক্টোরেল রোল ইরকপগী মতাংসিদা চহি শুদ্রিবা চাকথুম লিংদনা লৈরিবা পূম্নমকসি হাপচনবা কমদৌই।

তোম্বা— হয়েং কোম্না পৈশা তিংহুনা হাপচনগদবগী শরুক মহুনহুম হেন্না ফরে। অহুগা হাপচিল্লবশিংহুনা ঐখোয়দা থাদৌ হায়বা য়াব্রদি ?

ইবোচা— য়াগদবা ঙাক্ত হাপ্লগা লোইরেদনা !

পারি — অতোপ্পা মীগীদি করিমত্তা হাপ্লরোইদ্রা ?

ইবোচা— মীগীদনা করুবা ঙাক্ত হোৎনসি। ইবগী মতাংসি ঐখোয়না য়াগদবা মীওই ঙাক্ত থাহল্লকুবা তৌসি।

তোম্বা— হোৎনবা নত্তে, থৌরাং লোয়রবদি। অহুনা করিগুম্বা পাব্লিক স্পিচ পিবা মতমদদি ইংলিসকী রাহৈ, প্রমানপাম্থে খর থেৎকদবনি।

ইবোচা— অংগ্রেজিদি খর শোল্লিদ।

তোম্বা — লানগে লানসম্বু, পংঙাংদ ঙাংউ, লাইব্রিক হৈবা মালহন্দবা য়াদবনিনে।

পারি — সিম্বোলদি করি লৌগে খল্লিবা।

ইবোচা— কৌজেং লৌগে খঞ্জরি।

তোম্বা — হঙোইদি ফজদ্রা ? বোরোবী কাবা হঙোই

ইবোচা— হঙোইদি শাম্না চোংবা য়াদে— কৌজেংদি খর তোয়না চোংবম্বু য়াবা।

পারি — কৈদ চোংথোক চোংশিন তৌবা ঙম্বা, মখোঙ শাংবা

পারি — কৌজেং, লৈবাক্কী সেবাদ চোং-চোংহনা তৌবা ভম্বা কৌজেং, মহাও লৈবা কৌজেং। কনাদ ভোট, অবোচা মাইবিয়া মীতৈদা [ময়াম্বা] ভোট। লাকদৌরিবা মন্ত্রি মগুন্দন্দা য়াওগদবা মন্ত্রি।

ইবোচা— ওকচরে, ওজা পারিগী ফাগীসিনা।

পারি — নত্তে, হুজিকপু নঙবু করি হায়না কমদৌনা ভোট খোম্লিবগে ?

তোম্বা— ভোট খোম্বসি রাঙাং শঙাং য়াম্না লুবনি। হৈত্রবদি তৌরুনু ভোট খোম্বরা হায়ববু ভোট হায়দোকখিদনা।

পারি — নঙগী ভোট খোম্বদা হায়গদবা রাহৈহু অমুক্ত হায়রকউ তাসিদনা।

তোম্বা — মী মখল অমম্বং মখোয়গী অপাম্বা অহুগী মতুংইন্না খোম-গদবনি।

ইবোচা— [য়াম্না লেম্না]— ছাত্র নহারোল উরগনা থবক্কী, অনৌবা লাইরিক ভমথবগী— কর্ম্মচারিশিংদনা প্রমোসনগী রা, লৌমী শিনমিদনা লৌচা পথাপ শেমদোকনি, লম্বী ফহনগনি। লাইরবা ইমা-ইবেলশিংদনা অহোংবা মমলদা চেং-চাক ফংহনগনি, ফিরোলনচিংবা দরকার ওইবা তঙাইফদনা শিজিন্নবা পোৎ-চৈ লেম্না ফংহনগনি সিদগী হেনববু করিনো।

পারি — অহুগা মীযাই চন্নবা কাংবুদদি।

ইবোচা— ঠিকা পিনি, অচংবা শেল পুখোকপিনি, শেন্দোংনা নখোয়গী ।

পারি — অদুগা নঙগী মাইয়োক্তা লৈবা ভোটরশিংগীদমক্তদি করি হায়বা তাই।

ইবোচা— পিরোই খংবা কাংবুদদি কিহনবা তাই, অতোপ্পগী কা-হেন্না খোমহল্লোই ঐনা এমঃ এলঃ এঃ কারবদি থবক তৌবা কাংবুসি চিংদা ট্রান্সফর ।

পারি — অচুম্বনি, খর কিহনদবা য়াদে ।

ইবোচা— ঐগী মন্নমদা ফত্তবা, কাদনবা য়ারী শারম্বা কাংবুদো গুন্দা নেকতুনা ফুহনগদবনি। বৈষ্ণবকী মফমদনা লৈনাদগী হেন্না থোৎপা—য়েক্লবগী মফমদদি ব্রজ কোতি, থাদগদবা ভোটরগী মফমদা হেন্না চংজফম পিবা। থাদরোইদবা কাংবুদনা নৈহৎপা— মসিনি লৈবাক্কী সেবা হায়বদো ?

তোম্বা - পলিসিতিগী মতাংসি করি-করি হায়না লাওসিগে ।

ইবোচা— মতুংতুম হান্না থন্নহৌদরা য়াদে—তশেংনা ঐদি পোলি-টিকেল কেরিয়ার য়াওরকপস্থ নত্তে,পিল্লিতৈদগী রাজনীতি য়াওরকপস্থ নত্তে, মহাদগী হৌবনি । ক্লব খর লিংখৎপা, কো-ওপরেটিপ খর লিংখৎপা, লৈকাইগী জিম্ব মরুপ সেবা মরুপ, ওক-য়েন লোইবগী শেল খর তান্নবিবা—

পারি — ঙাইখো মতু পল্লুবা য়াদে ।

তোম্বা— অতুদি লাওবসি হেক্ত হায়জিল্লসি— রাজনীতি লিদর

শাগৎপদা জেলদা খর চংহনবা, অন্দোলন খর য়াওহনবা হায়বসিস্থু কান্নবনি সুম্না লাওসি ষ্ট্রৈদ হুডগী, ফোরেনর গী অন্দোলন্দা জেলদা কয়া চংখ্রবা।

পারি — ঙাইখোনে তোম্বা অত্থমক্তি হাকমল্লিদনা।

তোম্বা — ভোট কারগা লোইরে— হৌখিবা ৱাবু নিংশিংহুনা অশেংবা লিদর খনবা, খবব পাবা কেন্দ্র অসিদা কয়া য়াম্না লৈবগে ? ঐখোয় বস ফংদবা লম অসিদি হায়-রুন্থু টাউন্দা লৈবা ভোটব ফাওবা নোংমগী হাজিরাগী মমলবু পিববদি কান্নদে প্রজা ময়ামসি ঙা বোম কাপ্পদা মকোক ঙাওহল্লগা অচাবা লোক্দৌরিবনি।

ইবোচা— অত্থগীদি য়াই, কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা হংলকপা য়াওরবদি লাওখিদে হায়রগা লোইরে।

পারি — নঙস্থু কিদি কিরিবজাৎ ওইবে।

তোম্বা— কনানবু হংগদবনো, সুমহায়না হায়জিনসি— লৈকাইগী সিয়েল সারভিস তৌবা খুদিংদা মকোক ওইনা চোং-থোক্লিবা, লৈকাই থৌদোক ৱাথোক ল্যাই হরাওবা লিলা পালা কয়াদ মাইক পায়হুনা লাওরিবা, কাংগী জয়দেব চোঙবদা ঈশৈ হনবা য়াওরিবা— লৈকাইগী মীশি-মীনা য়াওরকপদা চিথদ্রিবা, থাবল চোঙবা, কাং পাল্লি, নিয়ম লাইরিক তৌবদা, চাকচা হৈজানবা, খুনায় ইনাৎ অমস্থং শান্ম-খোৎনগী সংস্থান কয়াদ অঙম্বা শেলগী মতেং

তোম্বা — পাংজরিবা মতিক চাবা মীরেপ, অবোচা মাইবিয়া মীতৈগী কৌজেং য়েকপা মার্কাদা ভোটকী শিল ১/১দং নম্বীদুনা লৈবাক প্রজা মীয়ামগী সেবা ফংহনবিয়ু। কবি হায়গে !

ইবোচা— মসিদগী লৈশি-লৈথোন তৌদুনা খোল-খর নৌথরগা পেহৌ পেহৌ কপশিন-লাওশিন্নরগা [হায়ফেৎ মতৌ তম্বঃ] সি ঙাইদনা — নত্তে, লাওবগীবু কনা নেকসিগে ?

তোম্বা— ঐখোয়গী ইচনশিং অমা লৈ, নোংমগী চাব থাক্লগা লুপা ১০ পিবগা লোইরে।

ইবোচা— অহংগা ইলেক্টোরেল বোল ইবগী মতাংসি কমদোসি হায়বা ?

পারি — মহু ঐগী দাইনি, শোয়দনবা হোৎনরগে, পল্লিসিতিনা নঙগী দাই।

ইবোচা— মী য়াম্না ফংনবা হোৎনরগা লোইরে। নকাশল্লরুবনিনা খর-তোয়না উন্নদবা য়াদে।

তোম্বা — [শ্লোগান মওংনা] কনাদ ভোট

ইবোচা— অবোচা মাইবিয়া

পারি — মীতৈদা

তোম্বা — কৌজেং য়েকপা

পারি — মার্কদ

পুম্মা — কারে—কারে।

[ লাইট ওফ ]

## য়ুম্নু অমসুং লেম্বীগী য়ুম

## Act IV

[য়ুমিদাং য়াইরন]

লেম্বী — মাই পাবুং কবিনো ?

য়ুম্নু — কবিনোকা হায়ত্থনা হংজবা শারিয়ে । সোমদনা অঙাং কোংপাৎপত্থনা মরোল অমা নিঙাইনা অমুক্তোইবা লৈকম চাকম খঙদ্রে, নঙ রাজনীতি অসি তোকখিরোই হায়বগী রারা ?

লেম্বী — তোক্লোয়-তোক্লোয়, ঐ য়াম্না শাওনিংই ।

য়ুম্নু — নঙ হন্দক জেল চংলুরফাও হন্দে— নত্তে, নঙবু প্রধান লেপকে হায়রিবরো ?

লেম্বী — ঙাংবিবক্তনু ঐ য়াম্না শাওনিংই ।

য়ুম্নু — শাওনিংলীবত্থ সরকারদবা, ঐঙোন্দরা ।

লেম্বী — নঙোন্দনি নঙোন্দা

য়ুম্নু — হাইমা, করিগী, মিৎনা ফাওবা কন্না সোংঙ ড্রিং নঙোন্দা নঙোন্দা [য়ুংঙাইত্তনা] থানাগী লিচৈনা থামন্দ্রাও, নত্তে ঈশিং অশাবগা থুমগা য়ৈসিরাও ?

লেম্বী — অন্দোলোন্দা শিজয়ন্নবদি লাইবক্তুম ফরনি। নত্তে, ঐনা ঙসি ফাওবা য়ুমসিদা অতোম্বী ওইনা লৈবিবসিবু নঙনা সনা চংনিং অমত্তসু থোনবিদে ।

য়ুম্বু — নত্তে, শঙ্গ মপি-মচাসিবু থাদোকপ্রগা লৈসি হায়ব্রাও ?
কান্নদে ইন্দক্তী ভোত্তা পৈশা য়াম্না লৌসি অতুগা সনা
খুদোপ লেপহৌসি।

লেম্বী — সনা খুদোপকা শিজখিরোই— রাজনীতি য়াওখিনি—
হুজিক্তি নুপা-নুপী রাইট মান্নববনি।

য়ুম্বু — রাইট মান্নে হায়বা ?

লেম্বী — ঙসিস্থু অন্দলোন য়াওরুখিনি, নুপী ময়ামগী দাবী কংদি
[চৎকে তৌবা]

য়ুম্বু — ইমাই পেমা; [মখুৎ পায়দুনা খাম্মী]

লেম্বী — অদু নঙ অঙাং খর লৌহৌ।

য়ুম্বু — অদু নঙ চৎপ্রো— অঙাংদো মবুক লাম্নবদি কপ্লকই।
শঙ্গোম লৈনবা পৈশা পিরম্মু। অদুগনে হয়েং অন্দোলোন
লোইরগনে শম্পোৎ খোইরুচো— রাইট মান্নববনিনা
লাঙ্গোল পাইবা য়ারে নুপীনা।

লেম্বী — তাজনিংদ্রে।

য়ুম্বু — লেম্বী ঐ চাক য়াম্না লাম্লে— ঐ নঙনা হায়রিবা পুম্নমক
য়াগে, নঙ চাক চখোম অমত্তদি থোংলম্মু।

লেম্বী — উম! চাক থোংলগা চৎখিবনা ফবা তাই।

য়ুম্বু — হোয়নে— চাক চারপা চৎলুনে— ইবাই পান্নিখোয়গী
রাফম হায়হৌদবা য়াদবনি। নত্তে লেম্বী, নখোয়না হায়-
রক্লিবা অসিবু ঐখোয়না হায়জিনবা তা রিব্রা ? পৃংহায়
হায়জল্লগবু করি কান্নবগে ?

তোমাল—[ফিংনা চংলকই] নখোয় ফাদোক তাজনি পংহায় হায়-
জিম্ন্ ।

য়ুম্ব্ —করিনোহে নঙনা পংহায় হায়জিনবা হায়ববু ।

তোমাল—নখোয়না ঐখোয় মামহল তান্নরগা ভোটকী মীকোক থিবা লাকপা লরাই খুরাত্তোনগী ইমুং ইনে মামহলখোয়দু হাপচিনগনি তাই ।

য়ুম্বু —[মথবাক য়ৈহুনা] হরে কৃষ্ণ, হরেকৃষ্ণ ।

তোমাল—নখোয়না থাদনিংবা মীদা অদুম থাদখো, ঐ করিস্থ হায়রোই, অদু নত্তহুনা লৈতবা মী হাপচিন্দুনা অরাম্বা পাম্বে শিজিন্নহুনা রাজনীতি য়াওদবা মীদা শিন্নগ্রগা করি কান্নে । ঐখোয় লৈকাই, লৈবাকসি মাংলগদবনি ।

লেম্বী —নত্তে, নঙনা হায়রিবহুবো কনাদা থাদৌ হায়রিবনো ।

তোমাল—ঐখোয়গীদি উতাংবী পার্টিদা থাদৌদনা ।

য়ুম্বু —চখোকউহৈ, করি কান্না হায়জশারিনো ? নখোয়বু অন্দোলোন তৌরমদাই জেল চংলমদাইদনা পার্টি পার্টি কান্নরমদাই লংফৈ চৎলমদাইদা নখোয়বু পুবিবরো—মাগী কোবা হায়বা অঙাং অহন্দুনা তৌজ শারিবনো ? নখোয়বু প্রসিদেণ্ট, সেক্রেটরিনা ৬০রক শুরে চৎলিবা ? নঙনা ঐঙোন্দা রাজনীতি তাক্কদবা নত্তে, নখৌহুম তৌক্লচো ।

লেম্বী —নত্তে, নঙবু অমুক্তস্থ য়াওহল্লুদনা, ঐখোয় করি শাওনি ।

য়ুম্বু —ভোট কাবা হায়বসিদি মী য়াম্বনা কাবনি। মী য়াম্বা হায়বসিদি পৈশা য়াম্বনি। শক ফুংশিহন্দবা য়াদে, খোল অহাওবা শিজিন্নদবা য়াদে।

তোমাল—খঙদে খঙদে, ঐদি হায়রিবসিনি [খোকখিবা]

য়ুম্বু —ঐখোয় লল্লাইদা লৈশ্রিবা তাধন, ইমাও, মামহনখোয় পুন্না হেক্ত হায়জিনহৌবা ভারেদনা।

লেম্বী —নত্তে, মহুম য়ারোই, মামহনখোয়বু করম্না হাপকদোরিবনো? য়ুম্নাকম্ তিন্নদে, মীনা খঙগদবা রাহুবু, অহুমা মহুত্তা ঐখোয় শাগৈগী মী ভাক্ত হাপচনসি।

য়ুম্বু —ঐখোয়গীদি য়ামদে, মরি খক্তনি— পারিনা হায়বম্তু হেক্তা হায়রগা লোইরে।

ইবা মী—[চংলকপা] করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে ঐনা লাকচরিবসি মীকোক থিবা লাকচরিবনি। ইমুংসিবু মী কয়া চাবিরি মমিংশিংতু অমুক্ত নিংশিংবিরকউ।

লেম্বী —ইবুংঙো খুদাদা অমুক্তা লেংশিনবিয়ু— [ফমখি]

য়ুম্বু —ইবুঙোনা পানবিগদবসি পুন্না মী ২৫খক্তনি।

ইবা মী—হাকুম চহি ৫গী মমাংদা মীশিং থিখিবগী মতুংইন্না মী মরিখক্তনি। হন্দক চহিসিদা কমদৌনা মী ২১ হেনগৎলম্লিবা!

লেম্বী —ইবুঙো, ঐখোয় ২৫ শুরে হায়বসি অচুম্বনি। মিথা তৌহনা হায়বা নত্তে। তু ঐখোয়গী অল্লাংথংবদা থোঙ্গৎ-

লেম্বী —লিবা য়ুমম্ফম স ঐখোয়গী মামখোয়গীনি। হন্দক পুর্ণিমাদা য়ুম শারানি, মপোৎ মচ শুনা লৈরনি।

যুম্বু —অহৃগীবুদ্দি তু— অব্রাং শঙ্গোয়দা লৈরিবা উশিংসি মামদুগী ময়ুম শানবা পৈজরম্লিবনি।

ইবা মী—হুজিমৃক্তী লৈত্রিদনা।

য়ুম্বু —ইবুঙো, ফাইরেল নংনবা শাগদৌবিনী। লরাই ইখোল শম্বল পুম্নমক য়োম্হোকখ্রে। নহাম্না শাবা হৌগদবদা মিস্ত্রি ফরক তাহুনা লৈবিবনি। যাত্রাদি নহাম্না হুল্লবনিসে।

ইবা —হুজিক পুন্না চাবিরিবনা কয়ানো।

য়ুম্বু —পুন্না মী ৯নি।

ইবা —চহি ২২গী মথাদ লৈবা মীদি পানবা য়াবোই।

য়ুম্বু —হৌখিবগী মী মবিদুম লৈরে। ঐখোয় ন্মুপা অহলদু হন্দক্কী পানখৎলকপা অসিদা লুহোংগদৌবি। মদুগী ন্মুপীগী মমিংদু তকোম্বী কৌই হিজম, নিঙোলনি, মদুমগা ৫ শুরে।

লেম্বী —ইবুঙো, ঙরাংত ব্রাবোইপোৎ পুথ্রবনি। থেংনা ইরবদি শোইদনা থেংনগদবনি।

য়ুম্বু —অদুদগী খুরাতোম্না থনম্বা অঙাং অনিসিমগা ঐনা য়োকচরি, মখোয় স্কুল কাথি। অমনা মধু চহি ২৪ শুরবনি অদুনা মচম্নুপী তম্ফা মাস্থ চহি ২২ চংলক্লবনি। অনিদুমগা পানবিরো। অদুগা ঐগী ইচাম্নুপী মালতী মাস্থ চহি ২২ রোম স্থরম্নগনি।

লেম্বী —হুজিক্কী অঙাং অনিদো ইবুঙোহ্ চাওবা কৌবনি অহুগা ইচায়াইমহুদি লংকৈদা লাইরিক তমহুনা লৈরি।

য়ুম্ব — ঐখোয় ইবাইদো ওম্বোক্লা ফৎখিদ্রে— মাগা ইকুবোক ইনেমবোকশিংহুগা তিন্নবা য়াদ্রে- হয়েংশি পুর্ণিমানি। নহালনা লাক্কদবদা থাশি মাইকৈ ওইবহুদা লাকপা য়াদহুনা লৈরবনি। হুজিক্কী হোংলকপা য়ারে—লাইবক থিবনিনে ইবুঙো, মখোয়স্সু ঐনা সেবা ফংবা তাবিনে। ইকুবোক্কী মীংনা আদোম, চহি ৬৭ ইনেবোক্কী মীংনা কৈন্যা তোম্বী চহিনা ৬১।

লেম্বী —য়ুম্নাক্লা লৌরেম্বমনি ঐখোয় তাচৌদা ফৎখিদ্রবা মুপীনা ওম্বা মুপা, তাল্লুরিবা পুম্নমক ইনম্মহুনা মপামদা হোনবদা করিমত্তা লৈত্রবা, মুৎলবা তাক্লবা।

ইবা মী—[হায়ফেৎ য়েংলগ] য়ুমদাসিদ ওম্বোক্লা য়াম্না লৈদোবিয়ে চনগদবব্ মান্দে।

য়ুম্ব —অহু ইবুঙো, রানিঙাই লৈতেদ ইয়াম্বগী মীংদা লম মচেৎ খর লৈজবসিদা পংতপ তপথোক্কুনা পংথন খন্দুনা লৈরগা লোইরেদনা।

লেম্বী —৯ শুরম্মনিনা।

য়ুম্ব —ঐখোয় ৪, মৌ লাক্কদবগা ৫, ইখুরানা হন্দোক্লম্বা অঙাং ২গা ৭, ইকুবোক ইনেবোক্কা ৯, নচলমুপীহুনা ১০ শুরে। ইবুঙো, ইশিনবিরবা নত্রা ?

লেম্বী— অৱাংলমগী মামহনখোয়গীগা মখোয় ৭ অমগা ১৭ শুরে।

য়ুম্বু —ঙসাইগী চেজেত্তু অমুক্তা পিরকউনে। মখোয়গী মমিং মথাক্তু লোইনা কাওরেনেহে। কৈদৌবগে নঙবু চা চুরুটকা অমত্তা লৌরুদ্রব্রাও ?

ইবা —খুত্তা পুবা নিপাল [৮] অমতুদি কদাইদগী ?

য়ুম্বু —ঐখোয় অসিদা ভাবাদা লৈরিবা চজিংদগী আবদুল মিয়াগী ইমুং-মনুং মখোয় ধোবী মতৈ-মনাও ২, মুচি মতৈ-মনাও ২, পুন্না ৮ শুরে।

ইবা —মখোয়দি ভারানি, হয়েং হোংখিবা য়াই, মখোয়বু কম-দৌনা পানদৌরিবা ?

লেম্বী —[থোরক্কুনা চা চুরুট লানশিল্লি] ইবুঙো, মখোয়সিদি ইমুং-মনুংদৌনা লৈরবনি। শাগে মচা কান্নদে, চুম্মীদা ইপা-ইপুগী ৱা, শাগে হায়বসিদি শা-কৈ হায়বনি হায়-বদুনি। অৱা অনা অমা হেক তারকপা থোরকপদা মখোয় নত্তনা কনা লৈ ? মখোয়দগী মতেং লৌদুনা লৈরিবনি। নঙ তাদসিনা মশা কয়া ফত্তদুনা লৈবসিদা, মখোয়দু খর পানশিল্লি। হয়েং রেসনগী চিনি য়েনবদা মখোয়সু ফংজবা তাবনি। মখোয়সু হিংদবা য়াদবনিনে ইবুঙো।

য়ুম্বু —ইবুঙো, মখোয়গা থানা ২৫ শুরবনি।

ইবা —সুঙাইরে, খুরাখোয়গী ২৫ শুরে তাবদা। ঐখোয় ইজ-রিবা কাংবুদগীসু মসিমঙং শেংদোকচবা তারিয়ে।

যুম্বু —তাকপিয়ু ইবুঙো, নত্তে চাদো হাওত্রব্রা ?

ইবা মী—হাওত্রে, য়াম্না হাওত্রে মশাগী চাকশং লৈজবা মশাগী ইংখোল পাভা তাত্নুনা লৈবা মীশিংত্নুস্ত্র ঐ ইশানা শাখ ওইরগা মুন্না য়েংজরগা চহি সুই-স্তদে লৈ-লৈতে হায়-বসে চপ চানা খংলগা ইগদবনি।

যুম্বু —নত্তে, ইবুঙো, ঐখোয়গী মীশিং ২৫ অসিবু স্তনবা পানবা য়ারোইদ্রা ?

ইবা মী—ঐনা হয়েং অমুক হুবা লাকপা মতমদা সোমগী ইমো ইবেম্মা থম্বীরমম্মু কারিগুম্বা চেনখিত্নুনা মীংগা ওন্নরবদি নুঙাইরোই। অত্নুগা মসিমক্তুংগা অমুক্তা তাবিখো। ইখুড়ানা থম্বীরম্লিবা অঙাংশিংত্নুস্ত্র য়োকপিনমখো। নোং-মথক লাকপনা পানখৎপা য়াবোঙ্গ। ইনেমবোক ইকু-বোকশিংত্নুস্ত্র সেবা ফংবিবমখো। অরাংথংবা য়ুম্ফমদা যাত্রা হুনবিরিবা য়ুম অসিস্ত্র লোয়শিন্দুনা মামহনখোয়ত্নু হোংগৎলকখিসনু। রিক্সো থোবা, ধোবী, মুচি—:পাতা শেত্তুনা পাতা তাহনবিরমখো। হান্নগী মরি লৈরম্বত্নু হুজিক অহুমখক্তুং লৈবা তারে। [চে লানশিল্লী] সে, মসিদা সোয় তৌবিরে। ঐ অমুক মথং ইথজক্লখিগে।

লেম্বী —মায় পাবুং, শোয় তৌবিক্লনু।

যুম্বু —ইবুঙোগী রাসিদি চুরুট কাগী মমল হঞ্জিল্লোয়দোরি [পারি চংলকই] পারি নঙনা হায়বা মী ২৫ শুনা পান-খৎপা য়ারোঙ্গ হায়রিনে।

পারি — েশা নঙ ওইরে, ঐখোয় ইবাইনা হায়রিবদো অচুম্বনি। মহুদ করিস্থ হেনজিননিঙাই রা লৈতে। হয়েং কমপ্লেন মতমদা হাপ্নস্থ হাপ্না, ছজিক ইশিনথিবদস্থ য়াওবা চপ মান্নদ্রা, সেনে, ঙা চাওনে কৈদৌবগে— [লুঃ২০ চৎপী অমা পি]

ইবা —হেরা মহু তৌদ্রবস্থ য়াই অহুদা ঐনা থংনিংলিবদি মীশিং ইবা মতমদা অস্থক য়াম্না ইন্টরেষ্ট লৌরিবসি করিগীনো?

পারি —মসি ঐখোয়না শিল্লিবনি, ইবোচা কেন্দিদেটকী মীনি ঐখোয়। হয়েং ইবোচানা করিগুম্বা কারবদি নঙ এঃ আইঃ ত্রায় তৌহনগদৌরিবনী। সেনে, অতৈ থরস্থ লৈরি।

ইবা —ঐখোয় ওজাদি তলবতগী হেন্না ফংদবনিনা খরচ ওইনবা লৌবা তাবেদনা [লৌই]। ঐখোয় ময়াম চংহুনা লৈবাকসি মাংহনবা হায়বহুনি। সিনি ভোট হায়বসি— ফরে সোমদা সোয় তৌবিরো? [শোয় তৌই]

পারি —অসি নত্তবা, হোটেলদা ফম্নগা চাক চরা অমা চামিন্নরগা ইগদবা ভোটর য়াম্না লৈরি। থেংথ্রনি চৎশি লাকও ফুরিৎখাওদগী পুথোক্কদবা ভোটর য়াম্না লৈরি।

[লাইট ওফ]

# Act V

ঙাংবিয়াগী য়ুম                                        মুমিদাংৱাইরম

[ ঙাংবিয়া ইনভাইটেসন অমা পাহুনা লৈরি ]

ঙাংবিয়া—করিনোনে অঙাংশিংনা তৌরিবা অসিবো ? পার্টি পূম্নমক্কী মী কৌরগা ৱা ঙাংহল্লগা করি কান্নগদৌবিবনো ইলেক্সন নকশল্লক্লবদি ভোটর কাংবুশিংশিগী নিঙাইসিনা অমুক্কোইবা খাংবা লাকপা ঙম্মোইদৌরি। চা থক্কে, চুরুট থক্কে, য়ু থক্কে, অহু লৈয়ু আদা লৈয়ু। খর তাঞ্জবা ময়াম অসি মখোয়না কোক-কোকপমখৈ চাথোকপীরমগনিসে। নখোয়না নোংমা নিংথৌ ওইবা ঐখোয়না চহি ৫। ঐখোয়গী ভোটরদা নোংমা মুঙাইহনখিবদি কায়দেনা। অসিগুম্বা মীতিং অসি তশেংনা মখোয়না ঐখোয়বু ইকাইবা পিনবা খুদোং চাবা লৌবনি।

বিনোদ—তাইবুঙো [বিনোদ, বাবু চংলকই]

ঙাংবিয়া—ইবুঙো বিনোদ— বাবুসু য়াওরকইদনা— চংলকউ, ঐ নখোয়বু ঙাইহুনা লৈরিবনি।

বাবু —তাইবুঙোনা অমুক্কুং উন্নসি হায়বহুদা ঐখোয়সু তঙাইফদনা লাকচরিবনি তাইবুঙোনা থন্নসি হায়বা ৱাফমহুবো।

ঙাংবিয়া—ঐনা হায়বদি— প্রজাশিংনা সরকার পাইবা পার্টিদা য়াও হায়বদগী য়াওরুবগী রানি। ঐখোয় মশেন হৌ-দোকমিন্নরকপনি। ঐনা হায়নিংবদি বিনোদ।

বিনোদ— তাকপিয়ু।

ঙাংবিয়া—নত্তে বাবু নঙগী খঙ্গৌনে— বিনোদ নঙবু তশেংনা ভোট অসি লেপকে হায়দুনা লেপ্পরা নত্রগা ঐনা অতোপ্পা পার্টি অমদা য়াওখিবদগী শাওনিংদুনা লেপ্লিবরা ?

বিনোদ—তশেংবদি হন্দক তাইবুঙোবু ঐ খব রাবৌজখি।

ঙাংবিয়া—অদু করি মতাংদা পেন্দবনো হেক্তা হায়দোক্লসি-অদুগীনি কৌরিবসি ঐনা।

বাবু —চুপ্পী তাইবুঙো বিনোদনা হায়বিবসি য়াম্না চুম্বা রানি। তাইবুঙোখোয় ঐখোয় অসি কেন্দ্র অসিদ পার্টি অমত্তা ওইনা হৌদোকমিন্নবকপনি। অদুবু তাইবুঙোনা ঐখোয়-দা করিগুম্বা রামত্তম্ তাকপিরমদনা হেক্তা অতোপ্পা পার্টি অমদা য়াওখিবসি তশেংনা মুঙাইজদে।

ঙাংবিয়া—ফরে, অদুনা অদু ওইগ্রে। অদুদি নঙনা হন্দক কেন্দ্রি-দেট অমা ওইনা চোংথোরক্লিবসি তশেংনা ঐবু শাওনিং-বদগীনি হায়বা তারেনে।

বিনোদ—থোইদোক্না শাওনিংলুবগী রা নত্তে। ঐখোয়গী পার্টিগী মী লেপ্পিনিঙাই লৈতদুনস্থ চোংথোরকপনি।

ঙাংবিয়া—নত্তে, নঙবু ভোটসি তশেংনা কারনি হায়দুনা লেপ্পগী

ঙাংবিয়া—ন্নারা নত্রগা চুম্নগী পার্টিগী মীন্নেপ অমা ওইনা চোংথো-
রকপগী ন্নারা ।

বাবু —তশেংনা মাইকৈ অদোমদা খন্থরুরবদি চুম্মী, অহুবু
হন্দক্তী অনৌবা থোকপনিনা খর শোনগদবা মাল্লি ।

ঙাংবিয়া—ঐনা হায়রিবাসদি সিনি— নঙনা ফংগদবা ভোটস্থু ঐগী
য়াওরি । ঐনা ফংগদবা ভোটস্থু নঙোন্দগী অয়াম্বনি ।
ঐনা হায়বসিদি ঐখোয় অনীনা চুমথোক্লবিঙৈদা শক
ন্নুংশিদবা মীনা কাখিনি ।

বিনোদ—তাইবুঙোনা এদজস্টমেণ্ট তৌবগী ন্নারা ।

ঙাংবিয়া—হা-হা ? এদজস্টমেণ্টকী ন্নাকম য়াওদ্রি, ঐখোয় ২'মুক্তং
খন্নথিসি মহৌশাগী কোলিগনি য়ানবা অমা পুরকসি।
ঐনা নঙবু পার্টি তিন্নবদগী হঙ্গোইদনা হায়বনি—হুজিক
নঙস্থু খল্লুনে ।

বাবু --ঐনা পামজবদি তাইবুঙোনা খল্লিবা ন্নাখলহু নকোয়নন।
ঙাংবিরম্নু হেক্তা মমাংদা হায়বিরো ।

ঙাংবিয়া—ঐ অহলস্থু ওইশিল্লক্লে, নখোয়দি নহানি, মতুংদা চান্স
য়েংবা য়ারি । অহুনা— হন্দকীসিদি অস্নুম তৌরগে
নখোয় পোথারো।

বিনোদ —অহুদি কদাইদগী য়াগনি।

ঙাংবিয়া—য়ানবা মরম লৈ ।

বিনোদ —করম্না, স্ক্রুটিনি তৌদ্রিবৈঙদা নোমিনেশন ফাইন তৌ-দ্রিবৈঙ মমাংদা নিংশিংবিরম্বা য়াবনি ।

ঙাংবিয়া—হুজিকস্থ মতম লৈরি— নখোয়নবু য়াববদি শম্না হায়-রবদা ঐনা নখোয়গী চংখিবা শেল-থুম পুম্নমক্কুগী দবল হেন্না হজিল্লগে অদুনা নখোয়না নখোয়গী রার্কর ময়ামদু ঐঙোন্দা ভোট পিহন্নবা খর অমুক্তা হোৎনসি । এদজষ্টমেণ্ট হায়বদু অদুনিদনা । হায়-নুংশি, চা ওথক্ত শেম্নকউনেহে । ফম্মম্মু পোৎ অমত্তা লৌথোক্লুখিগে [চংখিবা]

বাবু —কমদৌসি হায়বা বিনোদ ।

বিনোদ —মসি ইজ্জৎকী রাফমনি— তশেংবদি ঐগী পৈশা মরৈত, ঐগী হোৎনজরিবসিগী হায়রুবদি তশেংনা ঐ মায় পাক্কনি হায়বা থাজদে ।

বাবু —ঐগী রাদি কাদ্রবনি পৈশাস্থ মাংবা ইজ্জৎস্থ মাংবা অনি-সিগী মরক্ত খন্নবা তারবদি ইজ্জত্তি শোয়দনা মাংলনি খংলে । অদুনা পৈশা খর তোংহৌনবা শিনসি হায়রি-ব্রাও নঙ অমদি খল্লুদনা ।

বিনোদ—চুম্মী পৈশাদি শোয়দনা হজিল্লগনি অদুগা ইজ্জৎতি······

বাবু —নত্তে, ঐখোয়না কাগদবা ওইরবদি ঐখোয় হনগুমসিনে । অদুদি নত্তদুনা ঐখোয়স্থ কাহৌদ, ঐখোয়না কাহন্নিংবা মীস্থ কাখিদ, হয়েং তুংদা য়াম্না নিঙমহৌরোইদা ।

বিনোদ —তশেংবদি ঐখোয়না ফংগদৌরিবা ভোটসি তাইবুঙোনা ফংগদবা ভোটনি। অতুদি ঐখোয় কমদৌসিগে ?

বাবু —ঐদি বিনোদ, ইজ্জৎতি ঐখোয়না মাংদবা নত্তে। পার্টিগী সিটতা লেপ্লিনিঙাই লৈতবুনা লেপ্পনি। পার্টিনা পিশিল্লকপগী ভৌবনি। কারে ফরে কাদ্রে ফরে হায়না লেপ্পনি। অতু ওইরবদি শেলদি লৌহৌসিরা ?

বিনোদ—হন্দক্কী ভোটসি শেলদ তোংবা তাই পার্টিনা পিরকপা খরতুনা অতৈ অতৈ শিজিন্নববা। মসি তশেংনা পার্টিগী নিয়মদি নত্তে। ফরে, লাইবক য়েংবা হায়বতুদি হায়দোক্লবদি য়াদেকো।

বাবু —নত্তে শেলসিবু কয়া হায়গে হায়রিবনো ?

বিনোদ—লিশিং তবামুক হেক্ত পিয়ু হায়সিনে। মুক্লগা লোইরে য়াদ্রে লেপ্পরসি, য়ারে ঐখোয় ভোট খোম্লরোই। ঐ-খোয়গী মীদি ফ্রি ভোট।

বাবু —অতুদি ফজমন্দেদনা, মা কানবা হোৎনসি, নোংমৈদি মা শোয়দনা পোখাগ্রনি।

[নুংশিতোম্বী চা পুতুনা মকোক খুমতুনা থোরকই। য়েল্লি চা পিরম্লগা চংখি ]

বিনোদ—হায়, নুংশিতোম্বীসি তাইবুঙোনা লৌরে হায়বসি চুম্মীনা।

বাবু —মসি কমদৌরিবা জাৎনোনে।

বিনোদ—স্নমদৌবনি, নুংশিতোম্বীসি মানা পৈশা লৈবীদা ফাবনি।

বিনোদ —মা হৌজিক স্কুল ওজা ওইরি থাদ ৪০০/৫০০ ফংলিবনি ।

বাবু —মশুঙ মমান্নবা ফংহৌদ্রবা জাৎলা ।

বিনোদ —কদাইদগী য়ানি— হৃজিক্তী নুপীশিংসে ময়ুম পানবা মতমদা য়াম্না শিংলবনি ।

বাবু —তৌবগীবুদি তাইবুঙো, মমিক্তা মচা অমত্তা উদ্রি । করি-গুম্বা মানা মচা থারগা ফংলবদি সম্পতি পুম্নমক মাগী ওইহৌরনি । মানা ফংহৌবনি— মসিগী রাথলদা ময়ুম পাল্লিবনি— অদুগী মথক্তা মন্ত্রি অমগী নুপীসু ওইরিবা ।

বিনোদ – চবা হেনবা শক ফজবা নুপাদা লৈপদবগী শকুক শক-থিবা পৈশা লৈবা অাফসারগী অতোপ্পী ওইবদা ইকাই-নদ্রে, চৎনবীতুম ওইরক্রে ।

বাবু —হোয়, নুংশিতোম্বীনা ভোট খোম্বা হৈবগা, হান্নবা কলেজ সেক্রেটরি ওইরম্বগা— হন্দকী তাইবুঙোগী নুপী থুৎথি-সি হৈ, হন্দকসু ভোৎ কাগদবা মাল্লি । [ঙাংবিয়া থোরকই]

ঙাংবিয়া—চা মহাও কমদোই ।

বাবু —হাওদ্রে, তাইবুঙো ।

ঙাংবিয়া অদু কমদোসি হায়বা ? ভোটতি ঙসি ৫/৬ নিদা ঙাই-শিল্লক্লে, মতমসু লৈশিল্লক্তে । য়ানবা অমা পুরক্কদবা ওইরগনা নঙগী চংখিবা শেল কয়ানো ঐ হজিনবীরগে — তশেংনা ঐ হন্দকীসি অরোইবা ওইনা লাইবক

ঙাংবিয়া—য়েংনিংই । অহু মতুংগীদি নখোয় নহারোল মখৈ লাইবক য়েংনরো ।

বিনোদ —তশেংনা হন্দক্কীসিদি তাইবুঙোগী মাই য়েংলগে মহুগী মথক্তা তাইবুঙোনা রাজনীতিগী মহাও অসি ঐখোয়দা ওজা অমা ওইনা তম্বীরবনি । পুম্নমকসি য়েংলুরগা হন্দকমুক্তংগা তাইবুঙো লাইবক য়েংবিরো !

ঙাংবিয়া—অহুদি নখোয়গী রার্কর ময়ামহু ঐঙোন্দা ভোৎ পিনবা নখোয়না খর হোৎনদবা য়াদ্রে । ফবে. নখোয়না ঙসি ফাওবা খরচ কয়া তৌথ্রবা মহুমা ঐ হঞ্জিনবিরগে—মহুমা য়ান্নরসিনে ।

বাবু —তাইবুঙো বিনোদতি মহু লৌবগী রাফমহু পামজদবনি মহুগী মথক্তা পার্টিনা করিগুম্বা খংলক্রবদি ।

ঙাংবিয়া—কনানা মহুগীদমক্তা পাউ তম্নুগদৌরিবনো ? হান্নয়ুনে কয়া চংথ্রবগে ।

বাবু —[ঙাইহাক ইন্নরগা] মাগী ঐনা খঙবমখৈ হুজিক ফাওবা চাওবাক্না লুপা ১০,০০০ মুক্তা হায়জিল্লমগদ্রা খল্লি ।

ঙাংবিয়া—ফরেনে ফরেনে, মহুদ ঐ করিমত্তা থিররোই ফরে ঐনা লুপা লিশিং অনিমগা হাপচিল্লগা পুন্না ১২ দং হেক পাইথ্রো । তশেংনা ঐনা পিগদৌরিবসি নঙবু থাজবদগী অয়াম্বনি । থাজবা মাংহনবা য়াদেকো— সুংশিত্তোম্বী সুংশিত্তোম্বী [কৌবা]

নুংশিতোম্বী - [ইকাইনা থোরকপা] করি হায়গে, করি তাকপিগদবা
ঙাংবিয়া—লুপা ১২,০০০ দং পুথোরকউ [ছো পিরগা চংখিবা]
বিনোদ—হংচিৎকী ময়ামগী পব্লিক মিটিং অসিবু লেংবিগদৌবিব্রা ? বার্ত্তোন ফংবিরবা নত্রাও ।
ঙাংবিয়া—ফংজরে, করিনো মখোয় নহারোলনা কেন্দিদেট মথৈ কৌথৎলগা মিতিং ফাংননি হায়রিবসিবো ?
বিনোদ—খঙদে ঐস্থু বার্ত্তোন ফংই— মখোয় ময়াম্না ঐখোয়বু চোপহনগে হায়রিব্রা করিনো খঙদে।
ঙাংবিয়া—খঙদে, হয়েং চৎলগা খংবা হায়বতনি। মসিস্থ রাজনীতিগী অনৌবা য়াওন অমনি।
[নুংশিতোম্বী শেনখাও অমদা হাপ্তুনা পুথোরকই, ঙাংবিয়াদা পি, ঙাংবিয়ানা বিনোদ অমস্থুং বাবুদা শিন্নৈ]
নুংশিতোম্বী মসিবু চুন্নবা নত্রাও ?
নুংশিতোম্বী—মপুন কাইদ্রিবনি চুন্নবনি।
ঙাংবিয়া—বিনোদ, শেলশিংতু শুরব্রা অমুক্ত য়েংউ।
বিনোদ—তাইবুঙোনা তৌববু শোয়বা হৌনদেদ।
বাবু —অতুদি ঐখোয়স্থ হল্লসি। নমস্তে শোয়দনবা হোৎনজরগে।
ঙাংবিয়া—অতু নুমিদাং অথেংবদা খর-খর উন্নসি—ঈ-পাউ খর খর লৌনসি মহি অহাওবা, অখাবা, অথুম্বা লোইনা লৈরে।
ফরে, অতুদি লেংঙো নমস্তে— [বাবু-বিনোদ থোকখি]

ঙাংবিয়া —নুংশিতোম্বী নঙব্ পানা মতম অমত্তদি তপ্লকউ পূন্সি অসি মহৈ য়াল্লে। হন্দক্কী ভোট অসিদংগা কার-বদি চহি ৫দি নিংথৌগী রাজভুক চাদৌরি। [নুংশিতোম্বী ইমুংদা চংখিহ্না কা মতপ অমা পুথোরক্লুনা লানশিল্লি ইকাইনা য়েংনৈ] নুংশিতোম্বী নঙ মখাবোমগী হাওবিজম কোল্লুপ্তো য়ৌরুরব্রা ? মখোয় ঙাংনবা নুঙাইগদৌরিব্রা ?

নুংশিতোম্বী—নুঙাইনি. অহুগা মখোয়না হায়বকপবু মখোয় অহল-লমনশিংহু কম্বস অমমমদি লৈবিয়ু হায়রকই অহুগা অঙাং নহারোল খরহুদি পৈশা ওইনা লুপা তরা তবা পিরম্লবনি।

ঙাংবিয়া—পংইদা পৈশাদি হান্না পিথোকপা হৌনদেদ— হয়েং কনাগুম্বা ঐখোয়দগী দর হেনগৎপা লাব্রবদি অমুক শোয়দনা।

নুংশিতোম্বী—মখোয়, নুপীমচাশিংহুদি য়াওশংগী থাবল চোংবদা বেলগা থাওমগা পুন্না উম্বীয়ু হায় ভোটপুদি অহুম পিরগে।

ঙাংবিয়া—চোংঙুবো— সোরোকসে ফৈগাক ফৈনা খিংলগা চোংও হাওবিজম কোল্লুপতুদ মী ৮০মুক লৈবনি, মহুবু ফারবদি ঐনা শোয়দনা লিড তৌরনি।

নহা ১ —[চংলকই] পাবুং।

ঙাংবিয়া—কৈদৌরে নখোয় নহারোল কোল্লুপ্তো কমদৌবা ? চৎলো

ঙাংবিয়া—নুংশিতোম্বী মাগী চা অমত্তা লৌবিরুচো।

নহা ১ —ঙসি অসি ঐখোয় ক্লব মেম্বর পুম্নমক অমুক্তং উন্নহনা চাক চানসি হায়রি। অদুনা পাবুংদগী লুপা ৫০খক্তা পিয়ু।

ঙাংবিয়া—নখোয়গী পৈশাদ লৌথোকখিবী, ভোটনা অমসু অমদসু য়াও, মদু ঐ পামদে—ঐগী তৌবিরোইদবা লৈরবদি তৌবিরমু— তৌগদবা লৈববদি ফজনা তৌবিয়ু। ঐসু মতিক চানা নখোয়গী হোৎনগে। লুপা ৫০দু কৈদৌদৌরিবা পোলিং শাবগী শেলফমদু য়াওনব্রা?

নহা ১ —য়াওদ্রি— য়েনবা ফজবা অমা লৈহৌরবনি অদু ঙসিদি পাবুং নুঙাইথোক্কে য়ু অহাঙবা অমত্তংগা—

ঙাংবিয়া—ফরে ফরে, নখোয়গী মরক্তনে য়াম্না ওইদবা ঙাংবা য়াওই, ঐ ঙসি নখোয়দা লাক্কনি নপাদ তম্মু খঙঙেদনা—চৎলো চৎলো সে সে লুপা ১০০ সি ওইনা পুব্রো। অদুগনে নখোয় য়ুদি পাবুং অহাঙবা পিগে [ইমুংদগী য়ু লিক্লি পুথোরক্তুনা পি] অদুগা নখোয় লাও খোংনা তৌবদি য়াদে। ছুজিক্তী ঐবু য়েংশিনবা য়াম্লবনি।

নহা —ফনি পাবুং ঐখোয় করিমত্তা লাংজরোই। ঙসিদংবু ঐখোয় ক্লবকী মেম্বরশিংনা পাবুংগী ভোটকী ওইনা অমুক্তং নুঙাইথোকসি হায়বদুনা লাকচরিবনি। ফরে—চৎচরগে পাবুং [থোকখিবা]

ভাংবিয়া—[চংলকই] তাইবুঙো লে শিনবিরকউ— ঐ তাইবুঙো উন্নজগে হায়রুনা খঞ্জবম্লিবনি। অভাংদ পাও চেনজখি-বনি। সুমদোবা তাইবুঙোখোয়গী ফো মরুপ অমা লৈবদো ঐগা অমুক্তং উন্নহুনা রাবি শাজনিংইদ।

যুম্বু —মহু সুমদোবিরো— তশেংনা মনাওনা ফংনবা হোৎন-বিগে হায়রবদি হয়েং পুর্ণিমাসি মরুপ তিম্নি মহুদা লেংবিবক্তুনা মরুপতুগী ওইনা অণ্ডম্বা খবদং হেক কৎ-পিরো— ঐখোয় কাংবুসিদি ফো চিক্তুনা রাশক্লগদো-বিবনি হোংবা লৈবোই অহল ভাক্তনি।

ভাংবিয়া—মীবু কযা শুবগে।

যুম্বু —ঐখোয় তশেংবদি মী ৩০ না শাবা মরুপ্নি। অয়াম্বনা যুম্বুগী অহল ভাক্তনি— মখোয়গী মচা মশু ফাওবা মখোয়দা শিন্নরবদি শোযবোই হায়জরিবা।

ভাংবিয়া—অহুদা ঐনা খণ্ডজনিংবনা, মরুপতুগী ওইনা কান্নগদবা ঐনা ভমজবা করিনো অমত্তং মশক নাইনা তৌনিংই।

যুম্বু —অহুগীবুদি ঐস্থু ভসাইনা হৌদোক্লিংহুনা লৈজরম্লীবনি অহুদ ভোটকী নামাদা অহুম হায়না হেক হেক তৌবদো পামজদহুনা তৌবনি। অহল লমন খরনা তাকপিরবনি হন্দক্তগী ঐখোয়গী ফো মরুপসি সেবা মরুপ হায়না ওম্থোক্লসি, মহুদ ঐখোয়গী লৈজরিবা ফৌশিংস্থ তাই-থোক্তুনা হোৎনগদোরি। মহুদ ইবুঙোস্থ জীম্ব বাল

য়ুম্বু —অমথক্তুং পাংবিয়ুদনা ।

ঙাংবিয়া—বাল অমত্তবু নত্তে, শোয়বিরবোই হায়রবদি বাল মঙামুক লৈবা ওক্লবা দন্দবোৎ শাংথ্রোক শাংনা তিংথোক্লগা হেক্ত কৎচবগে ।

য়ুম্বু —ফরে, অতুদি হয়েংসি মুমিদাংৱাইরম ঙাইতুনা লৈজরম্ল-গে ঐ য়ৌগ্রগে [থোকখি]

নুংশিতোম্বী—হাইমা মীদি কনামত্তসু লৈরমদ্রেদনা। [চা পুতুনা থোরকই]

ঙাংবিয়া—নঙবু অস্মুক কুইবসি ইমুংদা কৈদৌক্লরিবনো ?

নুংশিতোম্বী—ঐখোয় অরাংগী ইনেত্তোনখোয়তু চানিঙাই লৈত্রে হায়তুনা লাক্লম্মী অতুদ মুঙাইত্রতুনা ফো শংবাই অমা রান্নবা পৈশা পিথ্রে অতুগা অঙাং অমসু মিংজনশেল লৈততুনা লাইরিক তম্বা তোকপা তারে হায়তুনা লুপা ৫০ অমগসু পিথ্রে ।

ঙাংবিয়া—মুঙাইরেনে, ভোট অমুক লাকপসিদা মথোয়না তৌগ্নিবা নিঙাইসি কৈনো, অঙকপা অমা ওইরে। পিয়ু, পিয়ু, মমাদগী লৌদৌরিব্রাও—

[লাইট ওফ]

## Act VI

লমহাং নুমিদাংরাইরম

[কেন্দিদেট মণ্ডামক চৌকিদা ফমহ্নুনা লৈরি। মখোয়গী মতুং মখোয় মশেনগী সিম্বোল সিংহু মনিংদা থেৎলি অহল-লমন খর নহারোল খর ইমা-ইবেলশিং মিটিং তাগদবগী ঙাইনরি। মিটিং হৌদ্রিঙৈদা উশিংৎনদবগী মওংদা য়েংনৈ। ]

নহা ১ —হুজিক ঐখোয় মিটিং অসি হৌনবা তৌজরনি। মীটিং অসিদ লৈকাইগী মীওইশিংনা মীরেপ ৬ মকপু মশক খংনবা অমদি অপাম্বা খঞ্জনবগী খুদোংচাবনি হায়না লৌজগনি। ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা খুল অসিগী অহলসু ওইরিবা শ্রী অমুমচাবু সভাপতিগী আশন লৌবিনবা কৌশিনজরি।

নহা ২ —ঐ সেকেন্দ তৌজরে।

অমুমচা — [চংশিল্লক্তুনা ময়াম খুৎ লোম্নহুনা] ঐগুম্বা করিসু খঙজদ্রবা অমনা সভাপতি আসন লৌ হায়না তাকপিবসি ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফবনি। মতিক চাদ্রবা ঐনা আসন অসি লৌজবদা ময়াম পুম্নমক্না ঙাকপিগনি থঙ্জে। [আসন্দা খুৎনা লাইবক কৎলহুনা ফমই]

নহা ১— মীটিং অসিগী অহান্বমক্তদা চন্নুরা ঈরুপকী মীবেপ কবো-
ক্লৈ চন্নুবু কবিগুম্বা খরদং ঙাংবিনবা হায়জরি।

কবোক্লৈ—[চংলকই, ময়াম পূম্নমকপু খুৎ লোম্নহুনা খুরুমই]
ইকাই খুম্ননিঙাই মশক ওইরবা সভাপতি অমদি তিনবি-
রিবা অহল-লমন অমদি মরুপ-মপাং পূম্নমক— ঐবু
কবিগুম্বা মীয়াম্না নুংশিবীহুনা লৈবাক্কী সেবা ফংহনবা
তারবদি ইহান হান্বদা ঐনা অস্তি ওর্নামেণ্টেল বিল হায়-
বদি অবং-অবাক শিবগী আইন— মসি পুথোকচগনি।
মহুদি লুহোং খোংদোংবা দেব-কর্ম্ম অমা থোরকপদা
ঐখোয় নুপীশিংনা সনা লুপা শিহুনা কান্নদ্রবা অকে-
অমোদা খরচ হেন্না তৌবা থিংবা। অহুম তৌরবদি
নুপী মবক্তগী কল্লক-য়েংথিবা, মীহৌনবা অরৈ লৈত
খেন্নবা অসিগী মহুত্তা ফিভম অমত্তদা চাং মান্ননা লৈমিন্ন-
বা য়াগনি।

অনিশুবদা—মোরেল সাইদতা নুপীশিংগী ওইনা রিসার্চ
তৌবা পামজবসি— মপুরোইবা কায়নরবী নুপীশিংনা
হিংবগী পাম্বৈ লৈতবদগী লমচৎ মাংথরক্লবা নুপীগী ইজৎ
কন্নবগীদমক্ত "লুপ্রা পেন্সন" মসিগী বিল অমা পুথংনবা
হোৎনজগনি। মসিদা মচা-মশুদি থাক্তবা য়াদ্রবা,
হিংদবা য়াদবা কাংলুপশিংগী পুন্সিগী লমজিং ওইবা
থবক কয়া পাইখৎনব থৌরাং অমনি।

অহুমশুবদা— অউনপোৎ উনবগী মতাংদা ঐগীস্থু প্লান খর লৈজৈ-হান্নগী ব্রোৎ চাম, তমং চাম, চাম চামনা খুজিং ওইহনা অওং-অউল লাংবগী মহুত্তা শেল খরদনা শিংবা য়ানবা হোৎনজগনি। মসগী মতাংদ ঐনা 'অওং-অউল' ত্তম্বা হায়বা বিল অমা পুথোকচগনি। মসিনা কান্নদ্রবা অকেংমোগী পোৎলম কা উনবগী মহুত্তা অনৌবা যুম্বাল কৈবান্দ অরাইবা পাম্বনা হিংজনবা, শেন্থোক লম্বী পিবা ত্তম্বা অওং-অউল খরংমক তম্বীবা।

মরিশুবদা—মরুওইবা অমনা নুপানা নুপী লোনবগী রাথোক কয়া থোকহল্লিবসিগী মতাংদ— থাইনভৈদগী পিবল্লিবা দণ্ডিগী পথাপ হুজিকস্থু অমুক লোৎপা তাবি। করিগীদমক্ত নুপী লৈরিবা নুপাগী অতোম্বী ওইগদৌবিবনো? নুপী অতোম্বী ওইরুবনা হান্না লৈবল্লিবা নুপী অহল অহুগী থম্মোয়স্ত কায়বা— অতোম্বী ওইরিবা অহুগস্থু তত্তনা য়েংথিনবা খৎনবগী মচাক অমস্থ ওইবা। মরম অহুনা অতোম্বী ওইরিবা কাংবু অসি আইনগী মতেংনা নমহুনা খায়দোক্লগা মীয়াম মমাংদা শুন্নু য়াইঙং তৈহনা খোঙ্গোয়নবগী থৌবাং— 'অতোম্বী শুন্নু য়াইঙং তৈবা বিল' হায়বা অমা পুথোকচগনি। অস্থুম্না আইনগী মতেংনা অতোম্বী ওইনিংবগী পথাপ অসি মুৎথৎনবা হোৎনজগনি। অহুগা অরোইবদা নুপানা নুপীগী পুন্সিবু তরাইনা খন্দোক্তুনা মরম চাব-চাদবা খায়নিংবা মতমদা হেক্ত খায়নবা, তাথি-তাওই তৌবিবা মরাল লৈজদবা খুৎ হনবা ভম্লরোইদবা কাংলুপসিদা নুপানা অয়াকপা খোনচোপ

শিজিন্নবা অমদি ইবোই ফুবগুম চৈফম নাইনা ফু-চৈবা অসি-দগী ঙাকথোক্লবগীদমক্ত 'তালোয় ব্লারক বিল' হায়বা অমা পুথোক-চগনি। মসি ঐতগী নত্তে, মীতৈ মুপী খুদিংমক্কী য়াইফনবনি।

[ময়াম্না খুবাক খুই]

ঐপা অয়োইবা ওইনা মীয়ামদা হায়জনিংবা অমদি খুৎ লোম্ন-জনিংবদি— ঐখোয়গী অশোনবা মুপী কাংলুপকী ওইবা মীহুৎপু মীয়াম্না শোগৎপিহুনা লাক্কদোরিবা হন্দক্কী মীথল অসিদা মীয়াম-গী মীহুৎ ওইনা ঐবু থাগৎপিয়ু। মুপীবু চাকশঙদা ইমুং-মন্নুংগী থবক ইনখাংদ পুন্সি লোইশিনখিবগী মহুত্তা মীয়ামগী সেবা কংজগে হায়না হোৎজবসিদ মীয়াম্না সহযোগ পিবিগনি হায়না আশা তৌজে। ঐগী সিম্বোন্দি কুন্দো পরেংনা য়োমশিল্লবা কবোক্লেনি। মসি হায়রগা মীয়ামদগী লোইশিন্নবা য়াথং নিজরি।

নহা ১— মথংদা ঐখোয়গী মুক্সন ফিডৌ পার্টিগী মীরেপ বিনোদপু করিগুম্বা থরদং ঙাংবিনবা সভাপতিগী য়াথং মতুংইন্না কৌশিঞ্জরি।

বিনোদ— [তুং মাং য়েংই য়াম্না চংনিংদবগী মওংদা চংখি ব্রা ঙাংবা হৌই, হুমাং অনপ্পা কাংই, তৈথোকই, লৎকক-লৎকক তৌই-ঙাংবা হৌই]

ইকাই খুম্নবদ মতিক চাব্রবা সভাপতি অমদি তিনবি রিবা মরুপ মপাং পূম্নমক। ঐহাক খুদোং চাবা অসি নাম্থোকহনিংদে, হৈজদবা খজেদবগী হায়রুরবদি খুদোং

চাবা অসি ফংজনিংদে। চুম্মী ইথা থাজদনা টিকেৎ ফংবগী মরমদ, মীয়াম্না চিংনবিরিবহু, রাজনীতি য়াওদ্রিবৈদ ঐ হিংননবা হায়হুনা হোরাই খায়জরম্মী— অদুদগী য়াম্না ইকাইনিঙাই ওইবনা জুরারগী মহাজন ওইরম্মী ঐগীসি অশেংবা হায়দোকচবগী রানি। অদুগা লোয়ননা অসামদা ষন থাবগী থবকসু তৌরমদবা নত্তে। মসি হিংননবগী উপাই থিবদা পাংথোকপনি। অসুম্না অসুম তৌজ-ৎকপদগী লৈকাইহুদ ঐবু মীনা মশক খঙবা মী অমা ওইজবক্লে। অদুগা লোয়ননা শঙ্গসু পাক চাউজবক্লে। অদুদগী ঐবু হৈনো-ংখোং মাধব, লৌরিয়া মাধব হায়রগসু খঙনবা অদুন। ঐবু মুক্সন ফিঙৌ পার্টিগী শিকি মেম্বরদা মানা শিকি থাংদোকপিহুনা মিং চনশিনবিরে। লৌরিয়া মাধব হায়খিবদগীদমক্ত মীয়াম্না মাপ তৌবিয়ু— চিল্লাং থরাং ওইনা পঞ্জখিবনি। মসিগী মরমদা ঐ ময়ামদা শেংদোকচগনি। রত্নাকরনা বাল্মীকী ওনখিবগী রারী ঐাখয়ে কাওথোকক্কম থোক্তে— নোংমা মাধবনা কনাগুম্বী নুপী অমগী রাথোক্তা লাম্না হায়জিনবদগী লবুক্তা তাম্নহুনা ফুবদা লো-ার া কাচিন্দা শিরে হায়না ছন্দোক্লম্বদগী মাবু লৌরিয়া মাধব হায়না খঙনখি। মহাক্লা ঐবু শিকি মেম্বরদা মিং চনশিনবিহুনা পার্টি য়াওজরে। চহি ১০/২০ চুপ্পা রাজনীতি য়াওজরক্লবা ঐনা টিকেৎ ফংদনা কনানা ফংফম থোকই। মীয়াম্না মীং পনবদা ইরাই ...া খঙনরবা চাঙাং বীরি বিনোদ, চাঙাং পামজনা থকপদগী চাঙাং, চাঙাং থকপগী অথুম্বা কোক্লবা বীরি ইতৎতত্তনা শাগোম্নবদগী

চাঙাং বীরি বিনোদ নত্রগা বীরি থকমনখিবদগী চাইরুং তাখিহনা চাইরুং বিনোদ কাওবরগনু। ঐগী সিম্বোলদি শেঙ্গাও অমস্তুং উচি বোরা য়েকপনি। অদুম্বা সিম্বোল নত্তে। ঐগী সিম্বোলদা ভোটকী শিল অমমমদং নমবিহনা মীয়ামগী সেবা ফংহনবিয়ু। জয় ভারত পার্টি, জয় শেঙ্গাও অমস্তুং বোরা উচিবু চেৎনা থাগোম্নজবগা লোয়নননা মীয়ামদগী বিদায় নিজরি।

[মীয়াম্না খুবাক খুই]

নগা ১— মথংদা ঐখোয়গী উত্তাংবী পার্টিগী মীরেপ শ্রী কোববু করিগুম্বা খরদং ঙাংবীনবা হায়জরি।

কোবা— ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা প্রসিদেন্ট অমস্তুং তিনবিরিবা মরুপ-মপাংশিং ঙসি নহারোলনা পাম্বীরিবা মীটিং অসিগা মরমদা কবিগুম্বা খবদং শেংদোকচগে। ঐখোয়গী উত্তাংবী পার্টি অসি উজাও অমগী মনাক্তা নপ তোংজরগা হিংজবা পার্টিনি। ঐখোয়গী সিম্বোলদি হুমিৎলৈ অমস্তুং লঙ্গোল অতেকপনি— লৌমী শিনমীগী মরুপ উত্তাংবী পার্টিনি। ঐখোয়না হৌখিবা লাল মতুংদা অতোং-অকুৎ তেম্লি লাইর ইনাকখুনবা মাম্নহল্লি খুৎশা মঙামক মাম্নহল্লি হায়বগী ইহৌ অহুদ নত্তবা মীয়াম্না পামদবা থম্মোই শোকপা থবক খর চত্থরুরে। মতুংদগী মীয়াম্না থাজদহনা ঐখোয় মতম খর শিত্থরুরে। মীয়াম্না ঐখোয়বু নুংশিদে

কোবা—মরমদি সরকার অসিগী অশোয়বা কয়াবু ঐখোয়না শেংন-শেংনা হায়দোকই। ঐখোয়গী পার্টিগী ফিদমদি রিভো-লুসননা অওনবা পুরক্কনি হায়বসিনি। অতুদসু নত্তনা ঐখোয় পার্টিনা ঙাকপা লৈবাক খুদিংমক্তা রিভোলুসন দনা অওনবা পুরকখি, ভোটনদি পুরকখিদে। অতুবু ঙসি লৈবাক অসিদদি মাইথিরে মসিগী মতুত্তা আন্দোলোন্দা থাজবা থমতুনা ঐখোয় চংশিল্লি। মীয়াম্না ঐখোয়বু মুংশিবিয়ু, ঐখোয়বু নিংশিংবিয়ু। হায়বগী অচেৎপা থাজ-বা অসিগা লোয়ননা মীয়ামদগী বিদায় লৌজরি। ঐখোয় পার্টিগী সিম্বোলদি মুমিৎলৈ চরোং অমসুং লাঙ্গোল অতেকপা য়েকপনি।

নহা ১— মথংদা প্রসিদেন্ট কী য়াথং লৌজরগা ইন্দিপেন্দেন্ট মী-রেপ অবোচা মাইবীয়া মীতৈবু ঐখোয়না থাজখিবা চে-রোল অতুগী মতাংদ করিগুম্বা খরদং শেংদোকপিনবা হায়জরি।

ইবোচা— ইকাইখুম্ননিঙাই মশক ওইরবা সভাপতি অমদি ঙসিগী তিনবিরিবা পুন্নমক। ঐবু করিগুম্বা খর শেংদোকচৌ হায়বগী খুদোং চাবা পিবসি— ঐগী লাইবক ফবনি। মীয়াম্না ঐবু কো-ওপরেটিপ লিংখৎলগা লোন, গ্রান্ট হাৎলি, মীয়ামগী শেল লম্নাই ফুরিৎখাওদা চংই হায়বসি তশেংনা য়ুম্ফম য়াওদবা রাখলনি— লাল্লি। মীনা ঐবু

ইবোচা- কল্লকপা মুংশিদবদগী হায়জিন্নবনি। ঐগী পার্সেনিটি শোকপা রানি কলেজগী লুপা ১০,০০০ মুক্তগী ৱাথোক্ত, ঐনা গাভর্নিং বোদিগী মী অমা ওইনা বেঙ্কতা শেল থমগে চৎপদা তাহৌবনি খঙদে, মীনা শৎপিখিবনি খঙদে, য়াওরমদ্রে। মতু ঐনা লৌই হায়বা য়াদে মাংখিবনি। ৱাথোক অতুদ ঐগী ইরাল লৈতে হায়না লৌজ। ময়াম্না খঙবিরিবতুমঙাই ঐগী সিম্বোলদি কৌজেংনি। ঐনা পামজৈ কৌজেংগুম্না শাম্ন-শাম্ন চোংতুনা সেবা তৌজবা। লৈবাক্কী ফনবা অমদি ইশাগী কান্ননববু ওইরবদি ঐদি ফিভোগুমনি। শংনিংবা মচু হেক্ত শংবা য়াবা মতুগী খুদোংচাবা অতু ফংনবগীদমক্ত লন্নাই মীবেপ ওইনা চোংথোকচবনি। পার্টি য়াওরবদি ৱা য়াম্মী, মরমদি মাগী মেনিফেষ্টো, আইদোলোজিগী পনখৈ অমা লৈ, অতুগা ইন্দিপেদেন্ট মীরেপতদি ঐনা তৌনিংবা, পাংথোক্লিংবা থবক্ত, তৌবদা মীয়াম্না য়াফম থোকই। ঐনা কান্নগদবা অমা য়েংতুনা ঐনা ম্নাওনিংবা পার্টিদা য়াওজবা, ইশানা ইশাবু লিশিং থরদা য়োম্থোকচবা য়াই, লৈবাক্কীদমক্ত পার্টি প্রোগ্রাম লৈজদে, পার্টিগী প্রিনসিপল লৈজদে, আলুগী মথেলগুম্বনি। ঐনা পাম্বদো লৈবাক্কী পাম্বা ওইবিয়ু। ঐনা এমঃ এলঃ এঃ অমসুং মন্ত্রি ওইজবা ঙম্লবদি শাগৈ-নাতৈ মরুপ মপাংশিংদগী তেন্দর তৌতুনা ফম হাপ-চগে, ঐ মী ওইজগে, ঐ মী ওইহনবিয়ু। মসিমক ঐগী পুকনেল লোমজবা অশেংবা ৱাখলনি, কার তোংজগে, লৈবাক্কী অথুবা থবক চেন্নবগীদবক্ত, মীনা কৌবা খুমজরোই, লৈবাক্কী অরুবা ৱাখল

ইবোচা- খন্নবগীদমক্ত— চহি ২০/৩০ চুপ্পা খাদি শেগাইবা শেক্তুনা লাক্লবা; তল চেংয়েন চারবা চাকখাও মীগী মরজনা খাং কোয়রবা ঐবু ভোট ফাওবদংদি লুংশিবিয়ু। ডাকপিগনি ঐ ৱাকোই শুরুবে, ঐ ঐনা কদাই ফাওবা মশক নাইবা মীয়ামগী থবক তৌবগে হায়-বহুগী মবমদা খরদং পঞ্জরক্কে। ঐনা মীয়ামগী সেবা তৌনি হায়না চোংথোরকপসিদা মশক নাইবা থবক কদাই ফাওবা তৌরবগে হায়বহুগী মরমদা খরদং পঞ্জগে— নোংম হুস্ক অডাওবা অমখক্লা সোরোক চৎলিবা প্রজা কয়া, তুংগী মীহৌরোল ওইগৌগদবা ছাত্র ২/৩ থকস্থ চিক্কে তৌস্বদগী ঐনা কোয়তান তান্নহুনা হুই অডাও-ববু হাৎচখি— মসিমক অচৌবা মীয়ামগী থবক অমনি। অহুদস্থ নত্তনা সোরোক্ত উফুল শান্নবা কয়াস্থ থিংজাখ। ইমা ইবেলশিংগী মাইকৈদ ঐনা পাংখিবা মতেংদি— হন্নবীশিংগী পোৎ থোঙ্গৎপিবা, বজারদা লেপ্তুনা রিক্সো, ওক্তোবিক্সো রাইবীবা— অহুদস্থ নত্তনা সরকারগী ওইনা মতেং পাংখিবসি এমঃ এসঃ আরঃ টিঃ সিঃ গী বস ষ্টারট হৌদবা অমস্থ ঐ ইনবা য়াওজখি। অসিনচিংবা থবক কয়া অসি ঐগী রাজনীতিগী মশক নাইবা থবক ডাক্তনি। কৌজেং য়েকপা মার্কাবু থক কাওবিরগন্নু। উপাই নৈত্রবনি খনবিয়ু ঐবু লুংশিবিয়ু। মীয়াম্না ঐগী সিম্বোল কৌজেং য়েকপা মার্কাবু থক কাওবিরগন্নু। উপাই নৈত্রবনি খনবিয়ু— মীয়ামদা ঐগী ভোটকি ভিক্ষা নিজরি। জয়, ইশাগী, জয় শ্যাগেগী [মপি তৈথোকশন্নে কপশিন্নে— ময়াম্না রা-রা নোকশিনবি]।

নহা ১— মথংদা এক্সি-মিনিষ্টর শ্রী ঙাংবিয়াবু করিগুম্বা থরদং ঙাংবিনবা কৌশিঞ্জরি।

ঙাংবিয়া— ঙসি তিনবিরীবা ঈপা-ঈপল, অহল-লমন অমদি মরুপ মপাং পুম্নমক্কী মফমদা করিগুম্বা থরদং হঙ্গৎচগে। ইহান হাববদ সরকার পাইবা পার্টিদা য়াওদ্রবদি লৈকাই খুলন-চিংবা অ'স শেম্বা ঙম্লরোই লম অসিদা কয়লাস মচেৎ অমত্তা উররোই থনবদগী সরকার পাইবা পার্টিদা চোং-শিনখি ২ শুবদা সরকার অমুক কায়রকখি অত্তোপ্পা অমমুক শেমখি, মতুদসু ঐ য়াওখি। মসি ঐগী ইরাল নত্তে। মীয়ামগী স্বার্থ য়েংহুনা তৌজবনি। কায়রকপা শেম্বা, সরকার পাইবা য়াওজে, থুগাইবা য়াওজদে। সরকার শেম্বা য়াওই। হৌজিক মীয়াম্না ঙাংনরিবা থিকা পিবদা ৫% নত্রগা ১০% লৌই— অতুদসু নত্তবা থবক হাপ্লদা লৈত-লাইরবা য়েংজদে। শেল হেনবা মফমদা হাপচৈ। মীয়াম্না হায়রিবা অসিমক অচুম্বনি। ঙসিগী তুলশি মনা-গুম শেংবা মাল্লবা মীটিং শিনবিরিবা কাংবুমকফাও হৌ-খিবা ইলেক্সন্দা য়ামদ্রবদা লুপা ২০গী মথা তাদনা ফংবি-রমনি। করিমত্তা মীপাইবিরুমু মতম থর ঐনা পাইজরম্ব-তনি, ইলেক্সন অমুক লাকপদদি মীয়াম খুত্তাগী দর চাওনা য়োহজরক্কনি। চুম্মী থবক হাপ্পগী মত্তাংদদি ঐ পৈশা লৌই হুজিক্কী মতমদা কালিফাইদ হায়বা অসি পৈশানা মিজর

তৌবা য়াই। কালিফাইদ স্রুদ বি মিজরবদ বাই ভেল, মসি হায় হায়তুনা ফাগে হায়রবসু ফাবিযু খববগী থোংদা মীঃ চাওনা হাপ্পুনা ইগে হায়রবস্নু ইবিয়ু, ঐ চিংনজদে। মসিগী ইরাং অসি ঐ ইতোম্বত্ত লৈবা নত্তে, মী খ্বাই পুম্নমকস্নু লৈরিবনি। ঐ ওসিগী মিটিং অসিদা অশেংবদা হায়দোকচনি। শেল ফংনবগীদমক্ত য়োংচাক থাহনবা অমস্নুং মীরৈবাক্কগী অফবা লম্ফু চার, মশা ফনা লৈনবগী দমক্ত, শিংথাঙ থাবা হিদাক থাবা লাংথক শেম্নবগীদমক্ত অমস্নুং অফবা নাপী মখল কয়া শজিক ওইনা থানবগীদমক্ত অচৌবা শেল-ফম কয়া কায়থোক্কনা লৈগনি অমস্নুং হান্নগী প্লান কয়াস্নু লৈরি। অরোইবদা ঐগী মেনফিষ্টোদি [১] গঙ্গা থাহন্দুনা,য়ু শুংহন্দুনা মীরৈবাক্কা থাহনা শোম্ব্হোরবা শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবা [২] নিশা চাবা কাংবুদগী অচৌবা টেক্স মখল অমা লৌখৎলগা লাইববা লৌমীশিংদা শেস্নুং পিবা [৩] লৌচা পথাপ মুৎথৎপা [৪] থিবা পথাপ মুৎথৎপা [৫] অচৌবা ইন্দস্ত্রি লিংখৎপা [৬] থবক ফংদবা ক্লোকহনবা অসিনচিংবা প্রোগ্রাম কয়ামক্সম অসি পাইখৎকনি। অরোইবদা ঐনা হায়জনিংবদি— ঐখোয় কেন্দিদেট ওাক্তনা পৈশা চাই, তুলশি মনাগুম শেংঙ্ হায়বদো অরানবনি, ঐখোয়দা নত্তনা থাদগদৌরিবা ভোটর পূম্নমকপু শেংবিয়ু ভোট পিবা মতমদা পৈশা লৌবিন্নু— অহ্ ওইরবদি এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রি ওইরিবা কাংবুদা পৈশা পিজবা তম্বীরিবা অসি মীয়াম্নি। ঐখোয় ওাকতা ইরাল থংজিনবা য়াদে। মীয়াম্বা ঐগী সিম্বোল

ভাংবিয়া— শারুং মহুংদা মী য়েকপা কাওরিবগনু মীয়ামগী মমল য়ান্নবা ভোটকী শ্লিল ১/১ ভং নম্বীহনা বনককমুকুংগা সের াফংহনবিয়ু। জয় খুনাই, জয় মীওইবা—

নহা ১— মথংদা অরোইবা ওইনা শ্রী বকুল লুরাংবু করিগুম্বা খর-দং ভাংবিনবা নিংশিংজরি।

বকুল— ইকাই খুম্নিঙাই ওইববা ময়াই তাংবল অৌবিরিবা অমদি ঙসি তিনবিরিবা লৈবাক অসিগী মনা-মশিং চাহনা হিং-বিবিবা লৈবাক অসিদা খোয়রিল লিনশাং ফুম্বীপ্রবা কংলৈচা ঈচিল-ঈনাও পুম্নমক ঐঙোন্দা পিবিরিবা টৌপিক অসিগী মরমদা মীয়ামদা শোংদোকচনিংই। হায়রগী পার্টি অসি থাদোক্লম্বগী মরম য়াম্না চাওনা লৈ। তৃক্তিক নহারোলগী মতমনি। হন্নুবা পুম্নমক বু চুববা লাইবিক হৈত্রবা 'ক' মশক খঙব্রবা কাংবু অসিনা করম তৌনা এসেমক্লীদা লাও-রুগদৌরিবনো? মক্সিমক প্রজা মীয়ামগী অরানবা রাখলনি হায়দবা ঙম্মোই। ঐনা হায়হুল তম্নীহৈদগী হৌনা রাজনীতি য়াওজবরববনি। অহুবু টিকেট পিরমদাইদা অহল্লোন কাংবুদা পিবা, থৌদৌনা কু-বুদ্ধি কত্তবা লৌ-শিংদা হৈরবা কাংবুশিং অসিনা নহারোল কাংবুদা চান্স পিবগী রাফম শুক্লে লৈতে। ডিমোক্রেসিগী অশেংবা মশক পার্টিগী অহলশিং অসিদা লৈতে— মহুগী ময়োক্ত ঐনা পার্টি থাদোক্তনা অতোপ্পা পার্টিগী কেন্দিদেট অমা

বকুল—ওইনা চোংথোকই অদুবু লাইবক থিবদি নহারোল লাইরিক হৈবশিং, অ্যান তারবা কাংবুনা ঐবু শৌগৎপিদে, ঐবু চানবিদে। ঐহাক পুকচেল লেপ্তবনি হায়বা য়াই অদুবু ঐনা পার্টি অসি অসুক য়াম্না তোয়না হোংজরিবসি অয়াম্বদি ভোট কানিংবদগীনি। মীয়াম্না মসিমকস্থ খংজিনবিয়ু— 'ক' মশক খঙত্রব থাগৎলুবগী কামদ্রে। কেন্দ্র খুদিংমক্ত লাইরিক হৈবা মীরেপ ডাক্ত চোংথোরক্লে ৬সি প্রজা ভাব তাবা মতম ্ ওইরক্লে। ঐহাক মাইকৈ অসোমগী মতিক চাবা কেন্দিদেট অমনি হায়না লৌ'জ। ঐ মীয়ামগী মতেংনা লেপচবনি ঐগী সিম্বোলদি কংলা হোজং য়েকপনি। কংলা হোজং য়েকপা সিম্বোলদা মীয়ামগী শিল ১/১ তং নম্বীদুনা মীয়ামগী সেবা ফংহনবিয়ু। অদুগা ঐদি পৈশা লৈজদবনি অদুনা ময়াম্না পৈশা লৈত্রবদি কৈদৌবা লেপ্লিবা নরল লৈত্রবদি ভোট লেপপুবস্থ হায়না তাকপিবা য়াই। হায়বদি [শাওনিংনা] ঐ নহালনা কলেজ ওজা ওইরবদি থাদ লুপা ৭০০/৮০০ ফংলম্বা য়ারবনি মসি পুম্নমক তোক-থোক্ত্না প্রজাশিংবু লমজিংগে হায়না চোংথোকচরক্লি। ঐদি অশেংবা হায়জনি—ফুগেস্থ ফুবিয়ু। স্কুল কলেজ ক্লব কো-ওপরেটিপ ময়ামগী পৈশা হাৎপা কেন্দিদেট, জুবার মহাজন অসামদা শল লল্লোম্বা, ব্লেক মার্কেটিয়ার কাংবুদগী কেন্দিদেট ওইনা চোংথো-রকপা চহি ১০ চুপ্না কাররুবা, মন্ত্রিস্থ ওইরম্বা কেন্দিদেট. ঐখোয়গী করি তৌবিগ্রে— লোলগী মতাংদা মানা এসেমব্লিদা করি হায়খি সিমনা [ভমখৈগী] মতাংদা মাগী করি ষ্টেটমেন্ট ঐখোয়না ইতেহাসপু

**বকুল**— মশক থিহন্নবা হোৎনরকপদা মাগী ফিরেপ করিনো ঐখোয় খংনিংই। মীতোপ তানবগী মতাংদা ছাত্রগী ঈহৌদা মাগী করি ব্রাবোল—অস্থক লুরবা লৈবাক্কী ব্রাফম কয়াদা ঐখোয়গী এমঃ এলঃ এঃ করি তৌখি। হাক্কাম চন্দ্রনা অবু কাহ্ৎ। তুম্বা, অদুগী মহুত্তা তুক্কচরবা মোরেল, মচানুপীগুম্বগা মাসরো ঐখোয়গী রাজনীতি মসিবো ঐখোয়গী মীবেপ খনবা, ইলেক্সন, ঐনা চাওথোক্লা হায়নিংই— তলব খরগী লন্নাই শেঞ্জা থুমজা খরগী খনবা মীশক নত্তে— য়ারে লৈবাক্কী সেবা তৌবিনি য়াদ্রে তোকথোকপিনি। অপংবা প্রজা শিংগৎপিরে— ফম্নাইবা কাংবুগী দোলাইরেং ওইবা তোক্লসি। অশংবা প্রজাগী মতিক চাবা কেন্দিদেট ওইবদা ভোট পিদনা কনাদ পিনি— ঐদি প্রজাদ থেমজরোই— ঐ থাগৎলে ঐখোয় নুঙাইরে; ঐ কাদ্রে চারা হেল্লে এমঃ এলঃ এঃ লুখাক চারে।

**ঙাংবিয়া**— [শাওনা হোৎচিল্লকই] ঐনা তাগে হায়না তাবব্র নঙগুম্বা অঙাং পেতব্রানস্থ—

**ইবোচা**— [হোৎচিলক্লুনা] ঐবু শেলহাৎপা, ক্লব লাল্লোনবগা হায়দুনা।

**বিনোদ**— ঐবু অসামদা যন থাবা হায়বা—।
ময়াম কোয়চেল চেল্লি— বকুলনা চেন্ন-চেন্ন ঙাংবিয়ানা শাওবনা মৈ হৌদুনা তান্নৈ।

**সকল**— কংলা হোজং কাওবিগন্নু— কংলৈচা পুম্নমক্লা কাওবিরগন্নু ঐগী সিম্বোল, কংলা হোজং মীয়ামগী সিম্বোল কংলা হোজং [মীয়াম্না কোয়তান তান্নদুনা চেন্নৈ।]

[লাইট ওফ]

# Act VII

[যুম্বু মশম মনা শাগোক্লুনা য়াম্না লেম্না লৈরি, কেরি ফমেন্দনি ফি অমা য়ানগৎতুনা হায়ফেৎ কেবগী মওংদা লৈরি । ]

লেম্বী —নত্তে, ওসাইদগী ভু জকফাও বেবা লোইনি ত্রাও ।
চন্দোলও চরাও কদাই চৎপিগদে নিবনো ?

যুম্বু - ওাইরিমী ।

লেম্বী —কনা ওাইবিবা, কদাই চত্তোবিবা ?

যুম্বু —ভোট খোম্বা ।

লেম্বী — কনাগী ?

যুম্বু — হায়দোক্লোইনে ।

লেম্বী —হায়দোক্ত বস্তু খওই, কবোক্লৈগীনি ।

য়ুম্বু —মান্নি ,কবোক্লৈগীনি ।

লেম্বী—কবোক্লৈগীদমক্ত থরাই অস্তুক য়াম্না য়াওবিরিবা অসিবু থাজ পামজবা ০ংইন চেক্লারো ।

য়ুম্বু —মুংশিদরো মাগীদমক্ত চেনবিবা কনা লৈ ? অহু হন্দক্কী ভোটসি মাগীদ য়াওবিদবা য়াদে ।

লেম্বী—মশুং মমান্নবা য়াম্না লৈবনিদ, চহি মতাংতুনা ভাওবহু পকচত্রে ।

যুম্বু —ভোট খোম্বা য়াওববু লৈশাবী মতুং ইন্নবরো ? ঐদি চৎলুনি, মানা মীটিংদা ঙাংবতু সৈভ্যা অতুগুম্বা খোঞ্জেল মুংশিবা থেংং দ্রি ।

লেম্বী — অতু চাকং লোইরে চৎক হায়ববসু চাকতদি চাবিখো।

যুম্বু —চাক লোইরব্রাও করি হেঞ্জাংনো ?

লেম্বী —মা পাবুংনা খোয়দাজবা হেঞ্জাংনে থরোই থোংবনে।

যুম্বু —চুপ তি চুপনিংইদকো [ফুবিৎখাওদগী শেল লৌথোক্লগা লোস লৌতুনা যেংলগা ] করোব্লিগী ভোট খোম্বা যাওবা তারমাল্লে।

লেম্বী—চৎখ্রো চৎখ্রো কবোকলৈগী খাওবুনাই ওইখ্রো। মা লাকখিসন্নু খঙনিদনা।

যুম্বু —মসি মুপীসি মবুক ফৎখিদ্রেদ। নঙনা মশক ফজবা কেন্দিদেৎ বকুল লুরাংগী অহিং নোংয়াইফাও ভোট খোম্বা চৎপতু ঐ করি হায়— হায়যুবা ঐ করি হায়গে ?

লেম্বী —ঐস্নু কৈস্নু হায়জদেনে, থাওবুনাই ওইবকচা হায়জবনি।

যুম্বু —মুপীমচাতুনা মথরাই শোক্ল হায়জরমগ্রবা— মবাইবক য়েংজসন্নু— ঐনা খংনবা অমা অনিতুদি ঐস্নু হায়রিকবা য়াইদনা।

লেম্বী—মুপী মশেন্নি ইরাইনা ঙাংনজনি। ফত্তে হায়জনু নঙ ঙসি চোপচনি।

যুম্বু —মসিদবু ঐগী করি চোপনিঙাই লৈবগে ?

লেম্বী —ঐস্থ ভোট খোম্বা চৎলুখিগে— কোয়রুখিগে [চংখিবা] [য়ুম্বু মশা নান্না লৈরি— অৱাওবা য়েংদুনা তিন তৈশিল্লি হায়ফেৎ মুঙাইনা চৎলি]

কবোক্লৈ—তাঙাং থৌরাং লোইবিরব্রাও—ইচেমসিবু ।

য়ুম্বু —[থোং হাংদোকই, হায়ফেৎ য়েংলগা] নচেবু লৈতমাল্লে।

কবোক্লৈ—ঐদি শেল-থুমস্থ লৈজবা নত্তে তাঙাংখোয় খ্বাইগী মতেং-না হোৎনজগদৌরিবনি। [তাঞ্জা অ সদা লেম্বী থোরক্কুনা তাই]

য়ুম্বু —নঙনা ঐবু তাঙাং হায়বসিনা মপেল্লে— ঐখোয় ভায়-খোয়গী কোল্লুপতুদি ঐনা হায়বগা লোইরে। ঐ লৈ-রিদনা চত্তুম চৎলুসি ।

লেম্বী—কলেজা ফবিরেদ ফাবৌ ঙা চরা'মা চাসি হায়বদি য়াদ্রগা।

কবোকলৈ—হায়ম ইচেন লৈবোইরে। তাঙাংস্থ লৈতে হায়বদুদ।

লেম্বী – মাদিনে, ঐনা হায়দোক্লিংদদুনা তৌবনি। ঙৌদোং পক-পনে, মুমিদাংদদি কয়া উদবনে। অদুননে ইচেগা চৎসি।

য়ুম্বু —ঐবু ঙৌদোং পকলবা।

লেম্বী —পক্তদি— চাকথুমাংদা চাওথোক চাওখৈ চাক থিদুনা লৈরিবা অসিবু উদেনেসে ।

কবোক্লৈ—অদু ইচেমসি, তাইবুঙোনা য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ্নি হায় ।

লেম্বী —হায়জিন্নরিবনি, মাননে নঙগা চৎমিন্ননিংদুনা তৌরিবনি।

লেম্বী —মী গুম্না রা ঙাংবা হৈপোন্তে। মাই পাবুং চাকখুম চংবিহৌরো ঐ ঙৈহাক্তুং চৎপিরুগে ইবেম্মা ঙাইহাক ফমথখো, ইচে ফি হোংদোকলুখিগে। [চংখিবা]

কবোক্লৈ—তাঙাং কমদোসেবা, তাঙাংগী মিৎ মুঙাইতে হায়বহ্ হোরেল খোংবান্দগ ওন্থবগা শিংবা ঙমজবোইকো।

য়ুম্বু —নঙগী মরা লৌনি হায়হ্না লৌরিবসিবু। লাক্তুম লাক্লো চৎলসি অইত লাক্লবনি।

[হাথু হাথু কবোক্লৈগী মাং থাহ্না চৎখি, লেম্বী ইন্নফি ১গা চেন্থোরকই]

লেম্বী —মাই পাবুং, মাই পাবুং— [কোইকৌ কৌই] ঐ তান্নরুদবা য়াদে। [ঙৈহাক লৈবগা য়ুম্বুনা য়ানখিবা ফিহ্ মুন্দুনা চংলকই] হুজিক্তী ফৈবনিনা।

য়ুম্বু —কৈনো লেম্বী নঙনা ঙসি ঐবু তৌরিবসিবু?

লেম্বী —ঐননে মাই পাবুংগা চৎমিন্নহন্নিংদহ্না তৌবা নন্তে, ভোটসিদি তম্বা ঙমদেদো— অমম অথেংদা মুঙনা করিনা হেক থারকও, কনাদ মাংজবনো? ঐগীনা মাংজবা।

য়ুম্বু —মুঙনা থানব্রনে, ভোট খোম্বা চৎপদবো।

লেম্বী —মুঙনা থানবদা নন্তে, লৈচনফাও কন্নগদৌরিবনে?

ফি হোংদোকপিরুরো, থরোইদো হাওনা চুপ্পীরো।

য়ুম্বু —ফরে, অহুমঙাই কমদোনি [ফি হোংদোক্লবা থৌরাং তৌই] লাই থরোই চুপ্পুনা লেনবা হায়বহ্নি।

য়ুম্বু —ঙসিদি ভোট খোম্বা অমত্তা চৎনররোই। নঙস্তু য়ুমদগী হেন্দোকপা য়াদ্রে। ঐস্তু হেন্দোক্ররোই। লাইথরোইবু তেঙ্গোৎ থম্না হাপ্লস্ত্রাও?

লেম্বী —উয়ান অমা ঙৌবনে, পুল্লপ হাগে হায়রবস্তু হাবিয়ু। মাই পাবুংস্তু জ্ঞান তামন্ত্রেনে। ঙসি অসিদি কেন্দিদেট ময়াম্না পৈশা য়েল্লগদৌরিবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদবু য়ুমদগী চথোকপা য়ারিব্রাও?

য়ুম্বু —ভোটসি হয়েংদা ঙাইরবনিনা ঙসি নুমিদাং অসি দেবী য়ুম-জংবা নুমিৎনি। ঐখোয়গী ইমুং অসিদা ঐখোয়গী লেপ্প-রিবা কাগদবা মাল্লবা কেন্দিদেট খুদিংমক্কী মী শাগদবনি।

লেম্বী —করি কান্নগে অহুবু, থাদবীগদবা অমগী হেক নোম্বীরগা লোইরে। মমাই মরি-মঙা পাল্লগা করি কান্নে?

য়ুম্বু —তুমিন লৈয়ু নঙনা খঙব্রা, ভোটসি কনানা কাদৌরি।

লেম্বী—মখোয় মশেন খৎনরক্কুনা, নখোয় চোপচনি।

য়ুম্বু —ঙসি অসিদি তুম্বা য়াদে, থোং ঙাশিল্লগা চিক্লা শেল তান-গদবনি অহুগা ঐখোয় ইমুংস্তু ভোট খুদিংদা শেল লৌই হায়হুনা ঐখোয়দদা লুম্বা লৈবনি। শিংনা লৌগদবনি নত্রদি ফাখিহুনা চোপচনি।

[ঙাংবিয়া মথুত্তা তোর্সলাইট অমা পাইহুনা মুংশিতোম্বী-গা ইপা-পাখৎনা চংলকই]

লেম্বী —হাইমা ইবুঙো ওইরে, ইবেম্মস্তু য়াওরকইদনা, খুদারোমদা।

ঙাংবিয়া—[পাখৎনা] অতু কমদৌসি হায়রিবনো ?

নুংশিতোম্বী—সে, সোইবীবা য়াদে— অঙাং য়াম্না নিঙাই তৌবা অমা য়াওই হায়বদো মাগী লৈবিরক্লিবনি। অতু শোয়বিবা য়াদে, সিম্বোল নম্ফম লাকফম বেলোট নমুনাগা উবিরব্রাও লৈবিরেকো, লৈত্রবদি পিজগে। [খাওদগী চে-চাং পুথোক্কে তৌই]

লেম্বী —[চে চাং পুথোক্কুনা উৎলি] অসি নব্রাও ? [উৎলি]

নুংশি —ঐখোয়বু কাওবিরমদ্রিদনা, সিম্বোল, বেলোটকী নমুনা থম্বীরম্বা য়াম্না নুঙাইজে।

ঙাংবিয়া— [সিম্বোল, বেলোট তা পাইতুনা] সুমহায়না ঐগীদমক্ত চেকশিনবিবা ঐবু কাওবিদবা মী য়াম্না লৈরবদি, ঐ করিগী অসুক রানা ভোট খোমগদৌরিবনো ?

নুংশি —খুরাখোয়, ইন্দোনখোয় উবগা মঙ্গল ওইগদবা মাল্লি। অতুদি ঐখোয় মথং মথং অমুক্ত য়ৌশিনজরুখিগে। [থোকখি] ঐখোয়গীদি শোইদ্রে হায়না লৌবিরো। অতৈ-গীতুম হোৎনবিরুরো।

[পারি—ইবোচা ফিরুক-ফিরাং খুমতুনা চংলকই]

পারি —কনা কনা য়ৌরক্লম্মে।

লেম্বী —ঙাংবিয়ানা রিক্সো মচা অমা লৈতুনা পিরম্মা। ঐদি মাগী পোৎকা অমত্তা লৌবিরুন্নু, থাসু থাদবিরোইদবদা হায়-তুনা ঙসাইদগী হায়রীমী।

ইবোচা—পিরম্বা লৌহৌবগীদি য়াই— অদুগা ভোত্তি ঐঙোন্দা থাদবিয়ু হায়বনি। ফরে, ইচেমা মুপী মরুপকীদুনা লুপা ১৫০ মুক্কা য়ানবা শিনবিরো।

পারি —অদুগা ইচে, ফৌ মরুপকী হায়বদু লুপা ২৫০ মুক্কা য়ানবা হোৎনবিরো।

ইবোচা—হোয়দ, মদুমদি ফনবা হোৎনবিরো ।

য়ুম্বু —ফরেনে ইবুঙো অদুবুদি অদু ওইখ্রে অদুগা মখোয় গন্ধারখোয়গী কোল্লুপসি ঐনা হুজিক ফাওবা কৎোক্কুনা থম্লীবনি। মখোয়দি ভোট থুদিংগী— পৈশা পিবা অহাংদা হেক্ত থাদখিবনি। নত্তে, মখোয় কোল্লুপসি কমদৌসি হায়বগে ? কনাগুম্বনা হায়জনখ্রবদি লোকখ্রনি।

পারি —ফরে, মদুনা ইচেখোয়না য়েন্থোকপিরুবো ।

ইবোচা—নত্তে, মখোয়বু লুপা কয়াগী হিংদা সিধা কৎলু হায়বগে ?

য়ুম্বু —মখোয়গী নোংমগী হৃজিরা ১০দগী তারোই হায়বনি। অদুবু ইবাইনা লুপা ৫গী হিংদা লৌ, ঐখে য়গী মীনা হায়বনি। য়াদি য়ানরবনি।

ইবোচা—ফবেনে, ইমুংগী মী ২০, থংনবগী ১১, পুম্না ৩১, ৫গী হিংদা লুপা ১৫৫ অসিমগা পাইবিহৌরো। ঐ পৈশা পিবসি থাবুদি থাজৈ, অদুবু হাকুমদি খিগ্রে। য়ারবদি পুক্লিং অসিসু চম্মনবা সৈত্য মচা অমত্তদি পামজৈদ।

লেম্বী - ইবুঙোনা অদুক থাজবীদ্রবদি পৈশা অমত্তা লৌজরোই।

য়ুম্বু —ৰাশকপগী ৰাদি ৰাশকপিগে। সৈত্যনা শাখি, শেল ময়েক-
শিনা শাখি, হায়গ্রবদি হোংবা নত্তে।

ইবোচা—পৈশাহু সুরত্রাও অমুক্তা য়েংবিয়ু। হন্দক্কীসিমদি ঐ
মঙ্গল ওইজরগে। ইচেমসিদা অমুক্ত খুরুমজগে। [খুরুম্মী]
[ফনেক অমা কৎলি ]।
[তাঞ্জা অসিদা শেল য়েনবা নহারোল ২/৩ চৈতুপ পাই-
দুনা চংলকই]

পুন্না —শেল য়েনবা ফাও, লৌবা ফাও।

ইবোচা—হিংনবা চেল্লো, থৱাই হিংনবা চেল্লসি।
[ মনিংথোংলোমদা চেনখি, য়ুম্বুনা শেন্দু ফক মখাদ
লোৎশিল্লি ]।

নহা —খুড়া কদাই শেলদু পিরকউ— করিগীনো শেলদো খুড়া।

ম্বু —ইবুঙো অহুদি ইশেল-ইৰাই চুঙ্গাক লল্লোনবগী শেলনি।
হিসাব তৌনবগীনি।

নহা (৩)—[মুংশাম্বর থবেৎ ২ হোন্দুনা চংলকই] বেস [কোট,
ফিজাও মুল্লকই] ভায়, মশাদি ফাবা ঙমহৌদ্রে, ফুরিৎ
ফিরোলদি মুলহৌরে।

য়ুম্বু —[নহা ১ তাপ ফারগা] নঙস্থ য়াওরকই— নঙ তৌখিগদ্রা
হায়য়ু হায়দুনা মঙকশম মেৎলি।

নহা ১— তৌজররোই।

নহা ২—খুরা পৈশা পুথোরকউ য়াদ্রবদি পুলিসতা পিবা তারে।

য়ুম্বু —হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ— [মথবাক য়েবা] লৈকাই মচানি, নখোয়গী খর ময়েংঙ্— সে মনা মনিল নাইরবু লুপা ১০০ সি পুখ্রো।

নহা ৩ —খুড়া তেশিন্নসি হায়বদি শেল পুথোকপিরকউ।

য়ুম্বু —এঃ য়াত্রদি ইবুঙোখোয়না তৌগদবা তৌরো, শাখি সাবোনসু লৈবা নত্তবসিবো চৎলো নখোয়না থোকপা তৌরুরো।

নহা ৩—ফরেনে, চামহু ওইনা পিরো।

য়ুম্বু —নখোয়সু য়েংশল্লক্রবু সে লুপা ৫০ অমগা লুপা ১৫০ পুরো— [হরাওনা থোকখি]।

**মাইকৈ অমদা ভোট হয়েংনি হায়বগী লাও খোংবগী খোঞ্জেল্লা পুম্নিল নিল্লকই।**

**—লাইট ওফ—**

## অরোইবা মতাং

লমহাং ময়ুমিদাংবাইরম

[মনুংদগী ঙাংবিয়ানা ভোট কাবগী— লাও খোংবা খোঙ্গেল
তাই (ঙাংবিয়া কারে) লাওহুনা থোরকই ]
[বকুল লুরাং য়াম্না নিংবা কায়না থোরকই]

বকুল— ঙসি অমুক প্রজাগী ঈ-চুপ্পা মীগী মখুত্তা শিন্নগ্রবা ঐখোয় মাইথিরে— লৈবাক মীয়াম পুন্নমক লাইরবগী মথক্তা লাইরবা— কুয়োম অসি শোয়দনা অমুক খোকগ্রগনি।
[তাঙ্গা অসিদা ঙাংবিয়া মাগী পার্টিগী মেম্বরশিংগা লোয়-নলা লৈ পরেং অমা শিহুনা থোরকই মখুৎ লোম্নহুনা]।

ঙাংবিয়া— ঙসিসু অমুক লৈবাক মীয়াম্না ঐগী খুত্তা রাজ শক্তি শিন্নবিরে। ঐনা মাইকৈ অসিগী ওইনা অমসুং লৈবাক মীয়ামগী ওইনা লৈবাক অসিগী সিঃ এমঃ অমুক্তং ওইবা ঙম্নবা ময়ামদগী মঙ্গল নিজরি।

মখুৎ লোম্নে—

[লাইট মমশিনখি]

লোইরবা

অইবগী লোংখুবা থবক—

এশোমাই-ঙেরবা

কেতকী

মাং মবা

খুত্তেকপাহুগী শৈরেং

কনানা হায়বিগনি

কপ্পাদনো হুকদবা

চিত্রকার

দুরন্ত

শ্রীমু

কৌশৈবী

কৈদৌঙৈ